# সংগ্রাম খোউঙ



অইবা

**নিসা বাশি**

# সংগ্রাম খোউডঙ

অইবা

*নিসা বাশি*



মশু অপুনবা

বাশিখোং ব্রাঙ্খে লৌমানবী, ইম্ফাল

ইম্ফাল ইষ্ট , মণিপুব

# Khongup

*(a collection of Poems in Manipuri)*

by nisa Baashi
Bashikhong Wangkhei Loumanbi
P O Singjamei-795008
# 9436273357 ,9615710449
e-mail drscrch @gmail com

Hard cover ₹ 195/-
Ordinary ₹ 14[illegible]/-

অফোঙবা — নিঙোম্বম ওংবী সনাহনবী (চাক্কৌবী)
মশু অপুনবা বাশিখোং ৱাঙ্খে লৌমানবী, ইম্ফাল ইষ্ট, মণিপুর।

মখুম যেকপা — থৌনাওজম নোদিয়াচান্দ সিংহ
ৱাংজিং এস [illegible] কে [illegible] লৈকাই।

অহানবা থোঙবা — ২০১৩ (ইংলিশগী ২ ৩নি পানবা, লৈবাব [illegible]

কোপী মাশিং — ১০০৬ (লীশিং[illegible] শুপ্পা [illegible])

অটবগী যুম
ডা সাহো ক্লিনিকেল রিসর্স সেন্টর [illegible]
ইবুধৌ থো[illegible] লাকপা সম্থোঙ [illegible],
[illegible] লম্পাক, [illegible] -৭৯৫০০[illegible]



---

[illegible] ঐচ সি [illegible] প্রিন্টিং হা[illegible]
লংথবাল [illegible] মখা লৈকাই

# কৎচবা

মালেমসিদা
ওৎপী নৈবীববশিং
শুদৎপীববা নৈহৎপীববশিং,
নমথবীববা, হক মৎপীববশিং
অমদি মদুগী চৈনা খাংলিবশিং
কোক হাযগৎতুনা হিংজবা ঙমদ্রবা
মখোয পুন্নমকী মফমদা

খোঙউপ

নিসা বাশি

# অহৈবগী ৱারোল

মহৈশাগী তম্পাক্তা মনীংতম্না হৌজবম্বা উপাল ৱাপালশিং, চীং পাৎ তুবেল কয়াগী শক্তম মশাগীতা খম্বা মীওইবা খুনাইনা মাংহল্লিবা, মবন্নাইগী অপিকপা ৱ াখলনা ঐতগী শাগৎলিবা, মচেৎ কযা থোক্লা থুগাইনবা হোৎনবিবা ইমাগী শক্তম, শক্তিতবু লাল্লুম্বা, ঐগী মীয়াম্না কয়াম ৱানা হিংলিবগে খঙশিন্নদবা, অশোন অনাবু ঙাকপীবা ঙমদবা অঙম্বশিং,লৈবাক্কী মপুনি হাযজবশিং, অমুবা অইনগী মকমদা মীওইবগী হক খোঙ্গাউনবিবা, তৌশিন্নদুনা নমথাক তৌদুনা হিংলিবা, শুফম নোমফম লৈতবা লাইবিক লাইশু তম্লুববা কযাশিং,শেম্থোক লৈতবনা যুম পাম্বা ঙমদ্রবা, শেল থোকপা ঙাইবিগুঁ চহি হৌজিনখিদুনা চাখম নাউখমশলক্তুনা অঙাং অমগী মমা মপা ওইবা ঙমজদ্রবা কঙাওনববশিং,শেনজা থুমজাগী ,ৱাচৎ ৱনোমগী চৈথেং ফংলবা কযাশিং অবং অবাক্কী হোংলক্লিবা তাইবং খোংচৎশিদা মচাশিংদুনা কবিগী পোকপীবম্নীবনো, কবি শেম্নীববগে হংলক্লবদা পাউখুম পীবা ঙমদনা মপা মমা ওইকৎগী মচা শেম্বা ঙমজদ্রবা কযাগী নুংশুক্লববা মাইথোংশিং, শুপ্লতগী মপাম্বোম যোম্দুনা হিংনবা লাম্থেংনবিবশিং মখোযগী মবক্তা নক্লনা হিংলুবনা ফাউবকখি,উপাই লৈজদ্রবা তোল্লবা ঐঙোম্দা হঞ্জিল হঞ্জিল ইনশল্লকখি ,ঐবু ইহনখি। কুমগংবী থম্মোইদা শাৎলম্মী, কৈদৌনবনো খংদনা ইখি, ইনিংখি। ইং কুমজা ২০০০ দগী ২০১০ ফাউবদা ইখিবা শৈবেংশিং অদুদগী শৈবেং ৫৪ খনগৎলগা ফোংলগে খন্দুনা ২০১০ দা ঐনা পেত্রিওটিক বাইর্টস ফোবমগী ফৈনান্স সেক্রেটবি ওইনা থৌ পুজবিগুঁ ফোবমগী ওফিসতা মযেক চনখৎপা হৌজখি।২০১০,ফেব্রুয়াবি১০দগী১৪ ফাওবা খাইদেম তেম্বা লম্পাক(বিহুতোলি) হোজাইদা পাংথোকখিবা মণিপুবী সহিত্য পবিষদ,অসামগী সনা ফুদোংবা চহিগী মীফম যাউকবগী হল্লকপদা যুম যৌবা ঙাইঙমদনা লোইনশিল্লোনগী থবক থৌবমশিংদগী কবিনো খঙহৌদনা খঙলাপ লাপথোক্লবে, মতম অসুক কুইবসে ফোঙদোকচবা ঙমখিদবে । পম্থৌ তোঞ্জাউ মৈদিংঙুনা তুম্লবসু ফোঙদোক্লগা তুমথ্রো. তৌহৈদবা থবক্লি মহৈগী স্নাইবেম্বী ইমানা শাউগনি হাযদুনা ঐবু হেক হেক হৌদোকপীখি, মশিদ নওনা ৱাহৈ খবা ইবীবকপগীদমক তৌবীমল খঙবা উৎচবি মতম অদুগী পেত্রিওট্রিক বাইর্টস ফোবমগী

*সেক্রেটবি লেলিন অমদি দিনেশ্বরনা ময়েক চনখৎপীবগী থৌদাং লৌবীখিবগী* থাগৎচপা ফোংদোকচবি। উনবা খুদিং পুক্লীং থৌগৎপীবা ওঝা ডা:ননচেনবা মীতৈনা টাইপ সেটিং ওইনা লৈবিওঁদা পাবীদুনা অহানবা শৈবেং নিপাল ফাওবা প্রুফ ককপীবকপা অমদি ব্রাফম খবা ইবীবকপগীদমক ওঝাবু হাযনিংঙাই লৈতনা থাগৎচবি অমদি তৌবীমল খঙবা উৎচবি।

ইশাগী থৌদাং অমদি অচিনবা কযা কাইথোকপীদুনা মখুম যেকপীবকপা ইযাম্বা শক্লবা থৌনাওজম ওজা নোদিযাচান্দ, ব্লাংজিং এস কে লৈকাইনা মখুম যেকপীবদা নত্তনা খুৎই ওইনা লৈবিওঁ মতমদা পাদুনা তাবীখিবা ,ঐগী ইচা অনি পোইবৈঙাম্বা নিংঙোম্বম, মপাগী থাদোইসনা (গ্রেমী তোমঠিন)অমদি ঐগী লোইনবী সনাহনবীনা অনৌবা শৈবেং ইবা খুদিংগী পামীন্নদুনা লাইবিক ওইনা পুথোক্লবা অকনবা ইথিল পীবীখিবা অমদি লাইবিক অসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবা সি ঐচ সি ঐচ- প্রিন্টিং হাউসকী ইযাম্বা খুন্দ্রাকপম ইবোহনবী লংথবাল কুঞ্জবু নমবগী থৌদাং লৌবীবতা নত্তনা ব্রাহে খবা ইবীদুনা পুক্লিং থৌগৎপীবা অমদি প্রেসকী ইচিল ইনাওশিংগী শিংঙম্নবোইদবা লমল তোনশিঞ্জবে।

লাইবিক অসিদা যাউবিবা শৈবেং খবদি শৈবেং ছৈদিন্নবা অমদি তোঙান তোঙাম্বা থৌবমশিংদা পাথোকখবে। মঙাল কৌবা শৈবেং অসি মযাই কাবা নেশাদা লাইচুববশিংগী লাযেংফম আবডিএস ডি এডিশন সেন্টবগী ২০০২ ডিসেম্বব ২দা পাংথোকপা অনিশুবা মপোক নুমিৎ থৌবমদা এআইআব ইম্ফালগী দ্রমাগী আর্টিষ্ট লৈখিদ্রবা ব্রাই মোহেন্দ্রো ব্লাংজিং লমদিংনা শুব পান্দুনা শৈহৌ ঈশৈ ওইনা শকপীখ্রে। নিংশিংজবতমক ঙাইহৌবে। ভিক্তিম কৌবা শৈবেংসি পাও চেদা ফোঙখিবদগী নুংগী মশক কাইহনদনা ব্রাহে খবা শেমদোকচবে ,মসিগীদমক হান্না পাবীখিবশিংনা ঙাকপীগনি। ঙসিদি খ্বাই তবাদা শিন্নজবি পাংদ্রবগী মতিক চাদ্রবা খোঙউপ। তাকপীবকপা খুদিংমক তবাম্না লৌজগনি।

*১২ জুলাই. ২০১৩* *নিসা বাশি*

# অফোঙবীগী ৱারোল

লাইবিক নৈনফমদা লাইরিক ফোঙই তাবদা অয়াম্বা ইবুং ইপ্পাশিংনা তাকপীরকপা য়াউই লাইবিক ফোঙসি হায়বদা নুপীনা কয়া হৰাউবমগদবা মান্দে সনা শাসি হায়বা নত্তবনিনা, লাইবিক ফোঙগে হায়ববদি মাঙবা হৌববনি....। চুমদ লাক্তবা ৱাফমগদি নত্তে। মোমোন নোকচবগা তাবা অমদি লাইবিক ফোঙ লুবগী অৱাবা নিংশিংলুবা নত্তনা কবিবুদি নুংনাংলুনি । লাইবিক পাবগী হৈনবী ৱাৎলবা ঐখোয়গী লৈবাক্তা অনৌবা লাইবিক অমা পুথোকপা হায়বসে অচৌবা শীংনবা অমনি । ঐখোয়গী লৈপাক্কী য়ুমথোং খুদিং লাইবিক পাহম্বা ইমুং অমা ওইহনগে হায়বসি মশু অপুনবগী পান্দমশিংগী মবক্তা অমনি।

লাইবিক নৈনফমদা অইবা অমনা ইবিবা অদু নৈনবোইশিংনা নৈনবীবকপা অইবনা কবি হায়নিংলিবা ,খুন্নাইসিবু কবয়া য়েংলিবা, কদোমদা পুনিংলিবা তাকবদা লাইবিক পুথোকপসি লান্দেনা, চুম্মীনা হায়বা ৱাখলদা হেক হেক ফাউহনলি, সনাদগী হেন্না মমল য়াম্লবা অইবশিংগী ৱাখল খম্বনিংঙাই ওইবা, খুন্নাই অসিবু অচুম্বা মাইকৈবোমদা চীংনবা ,শেংদোক্লবা থৌনা ফনা হোৎনবিবদুদা ঐগীসু শকক খবা য়াজবা ফংলে খনজকবদা অৱাবা পুম্বা কাউথোকখিদুনা ফোঙবা ঙম্বগী নুংঙাইজবা ফাউহল্লি, ঐগীসু ঙমজবা খবদং মীওইবা খুন্নাইগীদমক তৌজবা ঙমলে লোইননা মীতে লোইনসিল্লোনগী লৈকোন্দা লৈশক অমা হেনগৎহন্দুনা ইমাগী থৌগল খবদং তৌজবে খল্লুবদা। লাইবিক অসিগী অইবা নিসা বাশি ৱাবেং, শৈবেং, ইশৈ ময়েক অমদি হকশেলগা মবী লৈনবা ৱাবেংশিংদা খুৎ থাবিবা অইবনি। ২০০৭দা মহাক্কী পুক্লিংগী ৱা কৌবা মপুংদা ঐচ আই ভি অমদি ময়াই কাবা নিশা শিজিন্নবা থিংব অমদি ঐচ আই ভি গা লোইননা হিংলিবা মীওইশিংনা খুনাইসিগী হম্নুনা য়েংবীবা অমদি তাথী তাওইনা তৌবীবা কয়াগী মবমদা নৈনবা ৱাবেং লাইবিক অমা ফোঙপ্রে। লুপ কয়াগা খুশম্নদুনা চৎমিন্নবিবা অমদি থৌ পুবিবা মীশক্লি । মহাক্কী খোঙউপ কৌবা শৈবেং লাইবিক অশি মশু অপুনবগী অনিশুবা লাইবিক ওইনা ফোঙজবনি । মথেল অমনি খনবীদুনা মহাও তংবীনবা,লৈচু অমনি নুংশিবীদুনা চীনবীনবা মশু অপুনবগী মায়কৈদগী মীয়ামগী মফমদা খুদোল তমজবি ।

নিঙোম্বম ওংবী সনাহনবী
মশু অপুনবা
বাশিখোং ৱাঙ্খে লৌমানবী ।

৩০জুলাই,২০১৩
ইঙেনগী ২৩নি পানবা

# "ব্রাফম খরদং"

ঐগী নুংশিজববা ইনাও নিসা বাশি (ডা নিঙোম্বম সান্তকুমাব)না ইবা শৈবেং লাইবিক খোঙউপ টাইপ সেটিং ওইনা লৈবিঙৈদা পাজবে। শৈবেংশিং অয়াম্বা মণিপুব হাযনা খণ্ডনববা লমদমসিগী থোক্লিবা পেন্দবা থৌদোক ব্রাথোকশিং, নোংমা নোংমগী মমল হম্ববক্লবা মীওইবগী ফিভম, হিংবগী মহাও যাওশিল্লক্লবা পুন্সি মহিং অমদি লমদসিগী মাঙলমচংতগী চংনবকপা ইপা ইপুশিংগী লীচং শাজং কয়া অসুম অসুম মাঙথবকপা কয়াসিদা যুমফম ওইদুনা ইবনি। শৈবেংশিং অয়াম্বা থোইদোক্লা লৌথুপ লৌকোয য়াওদে। অইবদা য়াওবিবা অতিংবা থম্মোয়গী অচম্বা মশক্লগী মমি মাগী শৈবেংশিংসিদা মযেক শেংনা তাবা থেংনৈ। মবক মবক্তা লমদমসিগী চনুবাশিংদা থৌনা হাপ্লা শৈবেংশিং থেংনবকপদা অমদি মালেমসিদা লৈবিবা ওৎপি নৈবীববশিং, শুদং নৈহৎপিববশিং, মতম চৃপ্পদা নমথবীববা অমদি মকোক হাইগৎনা হিংজবা ঙমজদ্রবশিং কযাগী থম্মোযগী মপাউ কয়া তম্বা শৈবেংশিং পাবকপদা অপাবাশিংদা তোপ তোপ্লা মহাউ অমা মাযপাকা পীবা ঙম্মী।

ইপা ইপুগী লীক্লম লীকখুন কযা লমদমসিগী চীংযা তময়া থুংনা কোযনা চংতুনা থিনিংবগী অপাম্বা ফোংদোক্লনা মহাক্লা হায

চংলুসি লাউ .থিকসি লাউ<br>
চীংনুংদা কবি তমযাদা কবি<br>
ইপা ইপুগী খোঙ্গুল লীদুনা<br>
যেলহৌঙৈগী বাবি তাকসি<br>
লোইজিং লোইযা থুংনা কোযদুনা<br>
নুংশিগী লমদম শাগৎলুশি। (লৈকোল লা ১)

আসগুম্না অনৌবা খোঙথাংদা অনৌবা থিজিন খোঙচৎ অমা পুন্না চংমিংবা পাম্বগী ঈহুল ফোঙদোকপা শৈবেংশিং লাইবিকাসিগী মতাং কযাদা তোঙান তোঙান্না থেংনৈ। নুপানা অচৌবা ওইবা ঙসিগী খুন্নাইসিদা নুপীদা যেংলিবা মীৎযেংদুবু নাকোযননা তাক্লদুনা অসুম্না ইবকই - 

নুপী নঙ নাবা যাদে<br>
কনানা চাক থোংবীনি<br>
কনানা কোন ফেঙবীনি<br>
কনানা ব্রাইশীং ব্রাইশেং তৌবিনি<br>
নচা নবা [illegible] যেংবীনি<br>
খৃবাক না[illegible]মেক খৃবি ম[illegible]।<br>
পাক লাউখিবোই মফমসে (হিংলিবদু অদুগীনি লা ৯)

ঙসিগী খুন্নাইসিদা লাইবক শা তিন্নবা মীওই কাঙলুপ খরা লৈ ।অইবসিগী বাখল্লোন মতুং ইন্না অদুগুম্বা লাইবক শা তিন্নিবা মরাইবক থীরবা মীওই কাঙলুপ খরগী মমিং থাবকপদা নূপী, লৌমী শিন্নী অমসুং খোঙউপ নি হায়। মসিগী মবম পীবদুনা অইবসিনা অসুম্না হায়বকই -

খোঙউপ মীওইবগী খোঙদা তোংলিবা
চাওবদগী চাওববা
নঙ য়াউদনা কনাদি লাক্লিবগে
নঙোন্দা কনানদি নুংশিনা চুন্নীবি ?
খোঙউপ, নূপী,লৌমী- শিন্নী
নখোয়গী লাইবকশে অমত্তনি (খোঙউপ লা ৮৩)

অসিগুম্বা লাইবক অসি পাম্বা পামদবা হান্নিবি শেঙ্গাও পায়বশিংনা মীচমগী লাইবক্তা। মখোয়না তাখিবা হৃমাংগী মমল কনানসু খঙবিদে। লৌবোক পম্বা য়ৌবদা লৌপুনা কোং থনখি অদুগা লৌমীনা হাঙলবা মবুক পায়দুনা লৈহৌই। অসিগুম্বা থম্মোয় শোক্লবা ফিভমসিবু অইবসিনা অসুম্না য়েকই - তঙাংগী বোবা মপৈনা

য়ৌশিল্লকখি চৈবোংগী তাম্থা চাননা
ঈকং ইচাউ লায়ববগীনি
নোংজু নুংশা শিল্লং লৌমীগীনি
কোত থনবা লৌপুগী
পূক পায়বা শিল্লং লৌমীগী (শিল্লং লৌমী, লা ৯৭)

শম্না হায়ববদা নিসা বাশিগী শৈবেংদা লৌমী শিন্নীগী হৃমাং মনম নম্মী অমসুং মবাইবক থীববা মীচমশিংগী অৱা পিবাংগী ঈনিল ফংই। অদুবু অশৈবসিগী শৈবেংদা তাইবঙ মপু ওইবা মাবু নুংশিজবা মাগী খূৎশেমবু য়েংবগী পেনবা নাইদবা অমদি মপু মাবু নীংজবগী মমি তাবা শৈবেংশিংসু অদুমক মথেংনৈ।

লোইশিল্লকপদা থমজনীংবদি নিসা বাশিগী "খোঙউপ" হায়না মীংথোনবা শৈবেং লাইবিক অসি পাবদা তোপ তোপ্পা মহাও অমা য়াওবা লাইবিক্লি। মখা তানা ইবক্কুনা লমদমসিগী মাঙখ্রবা পাবী পুবীগী লীক্লম লীকখূন থিগৎনবগী লমদসিগী মীযামদা ঈথিল পীবা, মালেমসিগী নৈহৎ তুহৎপিববা মীয়ামগী থম্মোয় শোক্লবা মপাউ তম্বা অমদি লোইনাই খন্নাইদবা মপু মাগী মতিক ময়াইবু শৈথাদুনা মাগী মফমদা তৌবীমল খঙবা উৎপগী শৈবেংশিং মখা তানা ইবকখিগনি হায়বগী থাজবা থমজবি। মহাক্কী অসিগুম্বা হোৎনজবসিদা তেংপানবা মপুনা মাবু থৌজানবিসনু।

লনচেনবা মীতৈ
শগোলবন্দ
খৃষ্ট কুম ২০১৩গী ডিসেম্বরগী ১২

# ৱাহৈ খরদং

সহিত্যগী লৈকোন্দা লেপ্পা লৈতনা, চোকথবা নাইদনা, নহা ওইবিঙে মতমদগী খুদোল তম্বীদুনা লাক্লিবা নিসা বাশিগী শৈবেং "খোঙউপ" হায়বা শৈবেং লাইবিক অসি স্কপট ওইনা লৈবিঙেদা পাজবে । ইবমদমসিদা খুন্দাবিবা খুন্নাই কাংলুপশিংগী মবমদা থিজিলদুনা ফংলকপা কযাবু সাহিত্যগী লৈচল ওইনা লেপ্তুনা পুথোক্পিবক্তুনা লৈবাক মীয়ামদা লাইবিক ওইনা লেংদ্রবা লন ওইনা, খুদোল তম্বীবিবা অসিবু হাযনিংঙই লৈতনা থাগৎচনিংই ।

অইবা লৈতবা লৈবাক অমত্তনা চাওখৎ লমজেন্দা মাঙ থাবা খক ফংলোই। মসিমক্তা ওইবা যাই, তশেংনমক অইবশিংগী অশানবা মীৎযেং অসিনা খুন্নাই অমগী তুংগী যুমফম থোনবদা অমদি লৈবাক অমগী বিভোলুসনবি ইসপিবিত শাগৎপা মতমদা মৈ ইকই হাযবসিদি মীযাম্মা যানববা ৱাফমনি।

লোযনসিল্লোন মণিপুব সহিত্যদা প্রোগ্রেসিপ বাইটব অমগী মশক লেপকদবা নিসা বাশিনা "খোঙউপ" লোইনসিল্লোনগী পাক চাওববা লৈবাংশিংগী লৈকা মবক্তা খুদোল তমজবিবা অসিগী মতুংদসু লাইবিক কযা পুথোকপীবকউ হায়না মপুদা থৌনিজবি।

তাং ২২।৭। ২০১৩ ইং।

তোনজাও মৈদিংঙু
প্রসিডেন্ট
মণিপুব সহিত্য পবিষদ
থৌবাল ডিস্ট্রিক্ট, ব্রাঞ্চ ৱাংজিং

# হায়জনিংবা অমতং

তাইবঙ লৈকোন্দা সহিত্যগী য়েন্দাই পাইদুনা লৈবাং লৈচল থিবিবা অইবদা- - - - চহি য়ামলকপগী মতিক থৌদোক ব্রাথোক ময়াম অমা থেংনবকই। লাইবিক কয়া মথং মথং পাকবে, অদুবু অতৈ ব্রাবেং শৈবেং ময়াম অমা পাকব্দা থেংনবকপা ,ফংলকপা মহাও, শৈওং শৈদা অইবনা শৈথাবা ময়াম অসিগী মবক্তা **নিসা ব্রাশি** (ডা সান্তাকুমাবনা) ইবা **"খোঙউপ"** হাযনা মীংথোনবা শৈবেং লাইবিক অসি পাকবদা পুন্সিদা অমুক্তা থেংনদ্রিবা মহাও, মথেল থেংনবে হায়জনিংই। ব্রান্দ্রফুল, পীকখ্রবা শৈবেং লাইবিক অসিদা অইবনা শৈথাবিবা নুংশি নুংওন, মলেমগী শুবি নোমলিবা, শুনা শুনা চাবা যংলক্রুবশিং , মতমগী চংনবী থৌদোক ব্রাথোক কযাবু শিন্দুনা তাকপা, অঙম অথৌশিংগী মীংযেং অময়সুং তানা তানা খঙশিন্নদ্রবা, উনা উনা যেংবীদ্রবা মলেমগী ওংপী নৈবিবব, অংশগী খোঙউপ মখাদা খাঙলিবা পুন্নমক . মীযাম হুপ্না খঙমীন্নবা নৈনবা পামবগী ব্রখললোন অমা অইবনা থিনদুনা তাকলি, অমুকসু হংলি এখোযবু কবম্বা মতমদা কবি থোক্লগবা ? ব্রাহং পাওখুম পুননা যাওবা সহিতাগী মচল শুনা যাওববা , মীযাম পুন্না নৈন্নমীনবা যাবা শৈবেংখক নত্তনা ব্রাবেং লাইবিক কযা ইবীদুনা মীযামগী সেবা তৌবীখো তুংদা হৌবকলিবা নহাবোলশিংদা ইনিংবগী ইথিল পীবীবগা লোইননা, লাইবিক অসি আই এস বি.এন (I S B N) দা বেজিষ্টাব তৌবীদুনা মালেমগী মফম কয়াদা পাবা ফংহন্নবা হোংনহননীংই।

তাইবঙ মপুনা থৌজানবীসনু।

খুন্দ্রাকপম ইবোহনবী সিংহ
লংথবাল কুঞ্জা মখা লৈকাই।
তাং ৩০।৭।২০১৩ ইং

# য়াওফমশিং

# য়াওফমশিং

# লৈকোল

চৎলুশি লাউ, থিকশি লাউ,
চীংনুংদা কবি তময়াদা কবি
ইপা ইপুগী খোঙ্‌জুল লিদুনা
য়েন্‌খৌঙৈগী বাবী শিংবুল তাকশি
লোইজিং লোইয়া থুংনা কোয়দুনা
নুংশিগী লমদম শাগৎলুসি।
তোংজৈ মবিল কেয়কসি
তাকসি অদুঙৈগী বাবী
চহি তবেৎ খুম্তাকঙৈ
চীংবুবোই তম্বুবোই পুনঙৈ
খুত্তা খুৎলায় পায়দুনা
পান্থোম বাংনা থাঙ্গৎতুনা
অমত্তা ওইবা লীচিংনা
য়েক্লবা কয়া তকথোকখিবা
নীংথি বাংমদা তাম্থোকখিবা।
খেবা চীংদা চৎলুসি
তেঙ্গোল লম্পাকসু য়ৌকসি
তাকসি অথৌবগী বাবী
নীংতম্মা তুমখুন তাঙ্গবা
অথৌবা ইপা ইপুশিংদা হৈকৎ লৈকৎ তম্লুসি
হাংদোকলুসি মীৎকী পিগা লোয়ননা
হৌত্রবা পুবাবীগী অবিবা চেনাশিং।
শীংনকসি শান্তি থুগাইবা পুন্নমক্
ফৈদাপুণ্ডদা লেপ্তুনা
নোল্লুসি ঙক্ কয়াবক্ হন্না
নীংতম্বা লৈবাক অমগী

থবায়না পোম্বা পীস্তবশিংদা
নীংশিংলুসি পান্দমশিং মখোয়গী
অথৌবা মখোয়গী ঈতনা য়েক্লস্না
শেংলবা ওম্খে কায়হল্লোই
শক্লুসি বাশক্ অমত্তা ওইনা
লাউকসি মনাকোঙ হুৎনা চঙনবা।
শিবোই তম্না চৎলুসি
নুংশিবী ঈচলনা ওঙখিবা লমদম্
অবাৎ অপা হংলুসি
শকহেনবী নিঙোলনা খোয়দাবা মফম্
অবাংবা চীংদা কাদুনা
অঙৌবা লৈচিল মরক্তা
চেল্লুসি শান্তিগী পাউজেল্
তম্পাক লমদম কোয়বিবা
নুংশিবী চীংনুংগী ঈচেলদা।
মাও মবাম চৎলুসি
ইঙালৈগী পোক্লফম য়েংলুসি
মাব খোঙ্গুল লীকসি।
কবুই ঈচলনা তল্লকপা
তেময়ে কনবা ঈয়োংফি
ওক্তা য়ান্দুনা উংলুসি
চাউখোকচনা লাউকসি
হিংমিন্নবক্লি ঐখোয় পুন্না
নীংশিংবা খোক্তবা মতমদগী
মাচেৎ মকায় তাফবোই
কাওলুপ মশেল খাইনফবোই।
চীংগী ঈপল নুংশিবা
তম্বিয়ু চীংগী 'য়ান্নদা

মেবা থাবু ঙাইহৌরি
চীংগী লশিংনা শাবা ফি
চীংগী লৈহাউদা শেন্নবা
পাল, মঙ্গ্রা, মাইবেল পুবকউ
তমগী মনাউ খিবীকণ্ড
ঙাইহৌবি কব্রং লংলা পায়দুনা
অমত্তা ওইনা পুনশিনগনি
নুংশি লীচিংনা চেৎনা
লাউমিন্নসি হোই পুন্না
জগোই শাদুনা নুংঙাইমিন্নসি
নূং থাঙ্গৎতুনা হবাউমিন্নসি
চোং ফম্দুনা শান্নমিন্নসি।
মবিং ঈচিল ইনাউসু
ইমাগী লৈহাউদা চাউজবা
শাহৌ ফবা ব্রাতনা
শাবিবকউ থুমোক কয়া
থম্মোয় হাপ্নবা য়েন্দাই কয়া
লৌখো থম্মোয় ঐখোয়গী
ইঞ্জবক্কে নতুং নখোয়গী।
অন্দ্রো লমদম পাংলুসি
পনম নিংথৌ মশাইগোল
য়েংলুসি অন্দ্রোগী পুং
নোকমীন্নকসি পুন্না মোমোন্ মীনোক
অন্দ্রোগী মৈ য়েংলগা
নীংশিংলুসি মতম অদো
মৈবা চমদুনা পুবকখিবা
মীতৈ ফম্বাল কাবমদাই
লীশাং শীংনা লীবক্লিবা

সনা কোনুংদা ফমদুনা
লৈবাক ৱায়েন থৌদাবিবা
শেৎন- খাইনবা য়াদবা
শাগোন্নদুনা লাক্লিবা চক কয়া কয়াদা
পাথাং পুথাং য়ৈদুনা
চাবোল শুবোল শমদুনা।
লোক্তাক্ ঈপাক্ কোয়কসি
ৱাককৈয় হিবু হোল্লুসি
খুলং ঈশৈ তাকসি
মোইবাং শায়োল মবক্তা
মেলৈ লাংখিবা নহাদো
খুমন মচা খন্বদো
মোইবাং খোবি কৈথেলদা
শামু খোংয়েৎনবিববা
থিকসি ময়াম চঙদুনা
হংলুসি মজা ইবেম্মা।
কৌব্রু,থাংজিং,নোংমাইজিং
খুভমশিংদা কাকসি
শুগ্নুসু যৌকশি
অনাল নিঙোল থিকসি
উমং ৱামং কোয়কসি
চীংয়া তময়া থুংলুসি
নুমিদাংৱাইগী তঞ্জাদা
নুমিৎনা চীংয়া পাংবদা
মালংবন লিবি হুন্বদা
উবৈনা কেনা লৈশাৎ তন্বা
নুংওল্লিবা লমদম য়েংলুসি
থেক্কা থেক, নৌগা নৌ,

খুঙ্গং চনুবা খুদিংনা
খ্বাঙদা সনাপুল য়েপ্পুনা
ঈকাবকপা ঙাইক্‌সি
মবুং মৌপ্পা কয়াগী
শাম্ম পাঙ্গল হাপ্পবা
তবা মখেল থৌবাংবা।
নোংঙাল্লমদাই মসজিদকী অজান্‌
গির্জাগী নুংশিববা কাংসি মখোল্‌
অমম অঙান্‌ শিন্নবমদাই
গোবিন্দগী শবিক্‌ খোঞ্জেল্‌
চীঙ্খৈ হুল্লমদাই লাইনিংথৌ সনামহীগী
পেনাগী যকাইবোলদা অমত্তা ওইনা নিল্লিবা
তাইবঙ মীকপ্‌ থোকহল্লিবা,
শিখ, জৈন, বুদ্বা, বহাইগী পাউতাক ইল্লিবা
অসিনসু লোইদবা
কাঙলুপ খুদিংনা খুন্দাবিবা
খেন্নবা লৈতবা লমদমনি
মালেম্‌দা অনিশুদবী
পোক্লফম লমদমনি নুংশিবী
পুন্নমক্তগী হেনবী মণিপুব
লাউকসি লাউ
চাউথোকচকসি লাউ
ঐখোয মণিপুব মচানি
নৈকোলসিগী লৈবাংনি।। ☯

অগাষ্ট ,০১।।

# লীপুন

ম্যাম্বখোই ইনাউখোই লাক্লো
চংশিল্লসি ঐখোয় মাংদা
অপুনবা লিচিংনা পুন্দুনা
ইমাবু মোমোন্ নোকহল্লসি
তৈথোক্লসি ইমাগী পিবাং।
রাংলবা চীংগী লোক্লুংদগী চেম্ববকপা
ইম্ফাল্ ইবিল্ নম্বুল্গী
লাইজ ঈশিং থক্ মিন্ন
হৌমিন্নবক্পনি ঐখোয় লম্দম্সিদা
চাউমিন্নবক্পনি ঐখোয় মফম্সিদা
কবিগী চংলুনি ঐখোয় মকাদা
কবিগী চংলুনি ঐখোয় বৃন্দাবন্দা
কবিগী চংলুনি ঐখোয় মালেসদা।
কংলৈগী নুংশিংনা য়েবগা
শাবেপ্ কাঙদোং ফাবক্খিবা
ইমাগী খোল্লাং থক্লুনা
মতম্বাক্তা তাইবঙ উবক্খিবা
মালেম্গী হৌবকফম্ লমনুংশিসিদা
অমত্তা ওইনা চেংনা
পুনশিল্লসি ঐখোয পুনশিল্লসি
কাঙলুপকী পীক্ল রাখল থাদোক্লসি।
পাঙ্গল মযেং তাববা
ইপা ইপু কয়াশিং,
শাম্ম পাঙ্গল্ শোল্লবী
কংলৈ ইমা ইবেলশিং
মদু নিংথৌ থিবিবী
মীতৈ ইচে ইচলশিং
খ্বাঙচেং মচি লাংদুনা
থৌনা লীশিং হাপ্পরে
পুনশিন্নবা পাউতাক পীববে।৩ ০২/০৪/২০০০

## মঙাল

হৌবো হৌবো মকপশা
কোবৌগী মঙাল ফাউবক্লে
লেপ্লসি অমত্তা ওইনা
লম্মুক্নকববা ঐখোয় পুম্নমক্
অনৌবা খোঙথাং থাংলসি
ঐখোয়গী তুংগী মীবোলগীদমক।
তৃমদনা মঙ মঙলিঙৈ
মঙলান্গী ফুবা শাবিঙৈ
অমম্বা মপৈ মবক্তা
অশি লমদম পাংলিবা
পোকপীবম্বগী কদায়!
হিংলম্বগী কদয়!
হিংমীন্নবম্বগী কদায়!
কবিনা লমন শিংগনি।
নঙবু পোকপী পলেম্না
থবক মীহুন্ কাঙদুনা
ইমাগী ইবুংঙো হাযদুনা
থবাক য়েদুনা খাঙলিনে
নুংশি নকাদা ৱাইথুংঙৈ
খোঙলোই ওইবিবী মহাক্সু
খুদাং পিফম তৈদুনা
পাবি ইমোম কোনশিল্লি।
তাইবঙসিদা ফরুপসিবু পোল্লি।
নাউকোনবীগদবী ওইগী লমদাংসু

ময়াই কাববা নেশাগী
ঈপাকসিদা লূপখবে
চাদা নাউদা খমলনি
তুংগী মীবোল লৈববোই
অমত্তা ওইনা লেপ্লসি
লাইবক থীববা পুম্নমক
লম্মাঙনকববা ঐখোয পুম্নমক
মাঙদা লৈবে লশ্বী
চৎশি ঐখোয় খুৎশম্ননা
শেংলবা লাইশঙগী লাইবুঙদা
মোংলবা পূক্লিং ব্রাখল হকচাং
চান্নুবসি মীংকী পিতনা ☯।

২২।১২।২০০০

# হিংলিবদো অদুগীনি

নুপী নঙ নাবা যাদে
কনানা চাক থোংবীনি
কনানা কোন ফেঙবীনি
কনানা বাইশীং নাইশেং তৌবিনি
নচা নব্রা কনানা যেংবীনি ?
খৃবাক নামতমক খৃবি মতমসে
পাক লাউখিবোই মফমসে।

০১।০৫।২০০৯

# অরোনবা লায়চং

শন্নাংনদি ইফা ফা
অমুবা নমশানা লাইবক্তা
অঙৌবা ফিজোল শেত্তুনা
কায়না মৈশা লাংলীবি
তেংথাকৃবনু পুন্নমক অবেম্বনি
তৈথোক্লসি মীংকী পি।
নমদা পাবি পোখংলু
নমোম চেজেং কোনশিল্লু
খ্বাঙচেং মচি লাংশিল্লু
খৃত্তা মৈবা পাযখংলু
যুমথোং খুদিং চংলুসি
এইডসকী মাযোক্তা লাউকসি।
ইপাম খম্বী মৈহৌবে
ঈদু নিংথৌ পাঙ্গলবশা
খাম্বী মৈকল্লু লাকওনে
খোম্লেন মীকপ থোক্লোনে
খোঙলৈ খজিক থেঙবদা
তাঙ্গোই তানা চাকখ্রনি।
ঙসিদি ঐঙোন্দা হযেংনা নঙোন্দা
মীকপ মীবাউখোলতনা থল্লক্লে
মৈবী পুবা নুশিংনা
মৈবাইবক্কীগী মালেম থুংনা
লেপ্পশি মায়বোং যাদুনা
অমতা ওইনা পুন্না।

২৯/১১/২০০১

## লোংগী শেৎপা নিংথৌ

কৈথেল হেক হোংবদগী লৈবক্লবা
খোর্জ্জে শুবা লেপত্রিবা অইবা
কৈথেলসিদা তিল্লিবা অবাপ্পা অনকপা,
অকোযবদা খুন্দাবিবা মবী লৈনবা খুদিংমক
লেপ্তুনা যেংলি,লেপ্তুনা ইবি পুম্নমক।
মশক থীবা মনাতোন চাউবা
মাযবুদি যানা হেন্না উবা
খৌজেংদা নোক্কনবা মবুক নোয়বা
লোংগী শেৎপা নিংথৌ
মনাই মশল ময়ামগা থোবক্তুনা
মোহোন হোটেল মমাঙদুদা
লেংজুম নোম নোমদুনা খেক খেক নোক্লি।
মনাইশিংসু অদুমঙাই
মপুনা হবাউবদা হবাউজে
মপুনা নুংঙাইবদা নুংঙাইজে
হিংনবগী লানফমদা মপু খল্লিবা
হৈনজদবা মহাক্তো ওনশিনদুনা লক্লবী
কবিনো পংফমদা ফমই
ৱাশু ঙাঙদে হোম্নসু হায়দে
তুমিন ফমদুনদা লৈবা হা ?
খবা ঙাঙঙুনে, খবা হায়রকউনে,
তপ্পপ খুমজে মনাই হাদনা
" কবি ঙাঙদুইনো ঙাঙনবা লৈজদে"
তুমিন ঙাইহাক লৈনৈ।

অমগা অমগা যেংনৈ।
নুংঙাইবে লোংগী শেৎপা নিংথৌসে
খোর্জেই শুবা অইবসু যাই
অবিবা চেনাশিং ফাক্কৎতুনা যেংখৎলকই
মথং মথং পাথবকই নিংথৌদুগী পুন্সি ৱাবী।
খুদৈ ফুৱাউনবা শেৎলম্বা নামৈজাউ
ৱাশা মতোন্দা কোযলাস নপ
চীনগনবী কৈথেল নুপীশিংনা যোনবা
মোবোক অকংবা তপ তপ নপহন
মোবোক লাকপা ঙবাংগী অঙাং
নোংমৈ অচৌবা পাযবা শিফায ওই
ৱাঙাঙ শাঙাঙ শিফায লৌই
শেল খবা তুঙলবদুদদি
চীংনুং মানুং চৎপা কিবকই
লুচিংবা ওইবগে খন
শিফায ওইবা তোকথোকই
মীযামগী থবক তৌবা মীগা নপ্লে।
তপ্না তপ্না মী ললোনবা হৌবকই
লাযববগী নাঙ্গন্দা লৌ উখৎলকই
কবি খ্বতোংনোদহে!
কবি মকানন্নোদা।
ফৌগৈ চোন্না কাবকই
পোইনু ওইদুনদা মবৈ
তুশোনবা কাঙবু মতুং ইন্নে
মপুগীদমক মবেং ফল্লি হিংনবা,
যু যোনফমদা পুল্লপ চঙই

খাং যাউনা হেক্তা লৈ
অমুক আনবক্তা নত্তে তোযখৎলকই,
খবা খবা পীৎ পীৎ থকচবম্বশিং
মাগী কাওবু চঙলকপগা হৌগৎনৈ
হোটেল যম্বী তখেল্লে
মহাক হেক চঙলকপগা
মনুংদগী পৌবোন থাজিনখি
পোৎশিং ফবনি হাবাউজৈ।
কুইদে হোটেল মচানুপী
গ্লাস চামদূনা লৈজবী
ব্রা ব্রা লাউনৈ চেনখ্রে, চেনখ্রে
মযাম ইঙক ঙক্রে,
চহিবু ওস্থোক্লা খেন্নে,
মপা মচা গুম্বা নত্রনে
মমা খঙনবগা মচা লৌবনি
কাযদে.কাযদে।
হবাউজৈ মতুং ইন্নবা খোঙলোইশিং
গ্লাস চামজবল্লবসু হৌজিক্তি বানীনি
পঙাঙ ঙাঙবা যাববা মমাংঙৈগী ব্রা
যোংনা কনাসু ঙাঙনদে।
ক্লাক মখোঙ পুথবম্বা যুম
নোংদোল খেৎনা ব্রাংখৎলকই
লৌকোল পুম্বা লৈশিল্লকই
শিন্মী মশীং হেনগৎলকই
খুৎশুমলগী ব্রা ঙাংনদে
হাযদ হাযজিল্লবসু লৈবাক্কীদমক চোংথোক্লক্লবনি

খব খবস্ কৎথোক্লসি
মাদি লেপ্তে তাশিনবা
অদুনা চীংদুম্নগুম ব্লাংখৎলকই ,
লম্লানবা মীনৌ হেক লাকপগা
গ্লাস থাঙ্গৎতুনা হেক্তা তাকই
" মাই মাদব দজ এভিবিথিং'
অতাবশিং মমিৎ উইকম উইকম
মঙক হায,থকপা লেপ্তে।
অপাম্বা অঙাং মশিং
পোকথোকই মথং মথং
অবোইবা অঙাং পোকপগা
অঙাংখাউ লৌথোকপী ,
মীতোপ চঙখিনি পাখৎপনবা
ঈমাং যাওবক্কনি চিঙনবনবা
অঙাং পোকপগী মেচিন্নি খনবনবা ?
তৌবদি নুপীদো নহানি
মাগদি যাম্না খেন্নখববা
অদুবু হকশেলগী পথাপ ইন্দে
হোবমোন পীজগনি খঙদে,
মবক মবক্তা মশা নুংঙাইতে
ফুং ফুং কায নুপীদো
ইপাই হৌই তোযনা
ব্লাঙাঙ শঙাঙ লুদবনে
ব্লাকৎচবা কিঁজে খাঙলি
চা গ্লাস চামদুনা লৈগদবনি
লৌবীবিবসে নবাইবক ফববনি

মশামক্কী নুপীবু ইকায খুম্নবা হৈতে।
শিন্মী মযাম শাউনৈ লোন্না
ফোংনা শাউনবদি ঙমদে
চহি শাংনা শুবকপনা
শুফম নোমফম হোংনিংদে
মহৈ মশিং হৈকুবা খঙদে
শিন্মীদি শিন্মীনি
নুপাগী নামহৎ চান্মা
নুপীগী নামহৎ হুম্ফু
চিবোন চিবোন ঙাঙনৈ
মতু ইকায খুম্নবা ঙমদবসিনা
কনাবু ইকায খুম্নগনি
হোয শেলদি ইকায খুম্নে
লোংগী শেৎপা নিংথৌদো।
মাগী মায়োক্তা ঙাঙবা কনা
মবান অমা থংজন
মফমদগী হেক্তা লৌথোকই
থবক্তগী হেক্তা তানথোকই
অশিংবা মীসু পঙশিল্লকই
অপঙবা মীসু পঙশিল্লকই
কাউবকই শিন্মী মশেল
হুমাংমন্না তানবা শেলনি,
মপুনা পীবনি খল্লকই
মপুগী ফুবিৎখাউদগীনি থাজহল্লি।
পবী মশীং খঙদনা লৈববা
খবসু কৎথোকপা মফৈনা

লৈবাক মীযামগী যেংদুনা
খঞ্জে ঙাঙথোক্লবদি ঙমদনা
কথোক্লবদি হাযকনু
হেন্না- হেন্নবু তাশিল্লকই
শিন্নী খুদিং থম্মোয নাই
হাযদোক্লবদি ঙমনদে
অঙম অথৌ মাগীনি
লৈবাক ব্রাযেল মাগীনি
মপান ফবিযে নিংথৌসে
মীচং ফনা লৈবিযে
অদুবু থম্মোযনুংদা শীংনৈ
শিবদা কবি পুবগে
ইমিৎ থীৎনা যেংগে
খোজ্জে শুবা মহাক্লা
লেপ্তুনা ইবা পাবগে
লৈবাক মীযাম খঙজবক্লনি
মতম মানা লাক্লগা। ☯

২৬/০৯/২০০২

# ঙসিদি শা চাবা নুমিৎনি

কৈশুমশঙ পান্নবিবশিং অদুনা
মখোয়গী মতেং ওইনবা
হুই অনিখক লোই
অবেম অপা পীজদুনা
মখোয অনি থাকই।
বন্দিশিংনা চানীংদবা নমিত্তা
মখোযগী পুখম পাথোকই
অবেম্বা লুখাক চগুমশিংতনা,
কবিগুম্বা নুমিৎনা
চবা হেল্লি মখোয অনি।
চবাম চন্দ নববা মতমদুদ
কৈশুমশঙগী অকোযবগী যুম্মশিংদগী
লাক্লুই যুমগী ঙাদু, যেন.
চেন্নগা পুবকই কৈশুমশঙদা।
পান্নবিবশিংনা ফুবী পল্লগা
হৈনবী ওইবকই চৈনা খাঙবা
অকোযবগী মীচৈ তাবকই
কৈশুমশঙ পান্নবশিং
ব্রা তান্নে
ব্রাথোক ওইবক্লনি হৌজিক্তি
ঐখোয নাখোঙ শাবক্লনি।
ঙসিদি শা চাবা নুমিৎনি
অঙম্বগী যাথং তাউথবকই
যেন চেনগনবা হুইদো

শা চাবা নুমিৎকী ওইবশি
থবক ওইনা পাঙথোকখি
লেমহৌবদু মথবায় নুংঙাইতে
শিরমদাই কপখিবা তাহৌই।
কৌবা চঙলকউ য়াদে
অমনা পমদুনা থাংজিল্লকই
অদুবু মমাননবদুগী শাদোং
মবুক থননা পীজখি
মপুশিংদুনা অমুক কবেম্লখি
ফজনা লৌখৎখি
ফজনা লৌখৎখি।।

১৬।০৯।২০০৩

# তাইবং মী

মী! নঙসে হৈদকো
খঙদনা অখঙ শাবা।
মী! নঙসে হৈকো
মীয়াম্বু অপঙ শীবা
মীয়াম নখোযসে চন্মিদকো
অদুননি অপঙ থাজবিবা
মী নখোয়সে ওন্মীদকো
অদুননি লাই লৈবিবা
তাইবঙ পানবা লৈবিবা,
মীনা মী ওৎলিবা
মীনা মী হাৎলিবা।☯

২১।০৬।২০০৪

# হিংনবগী লানফমসিদা

মঙলান্দুদা ঐনা মঙলম্মী
ইনখৎলকপা মতমগী পুন্সি
শান্নবম্মী নীং তম্না
অকি অখং যাউদনা।
চীঙোলগী নুংশিৎ মবক্তুদা
কোয়তান তান্নবম্মী
ঐখোয মশেন
ঐনা লোৎলম্মী নাবক মোংশোং
যুম অমদগী যুম অমদা
শুকং অমদগী শুকং অমদা
কোযচেন চেন্দুনা লোৎলম্মী।
শক উন উনা
ফাবা ঙল্লমদে ঐবু
তল্লমানে হৌমীন্নবকপা অতৈ
ঐখোয অনিদা ঙাযহৌবে
অঙাং ওইবিঙে মকপ্পুনা
ঐবু ফংনবা হোৎনবম্মী
ঐনা চেল্লম্মী ফংদনবা।
চীংমায়দু কাবম্মী ৱাংনা
চীংচেপ্পুদা চেল্লম্মী লোন্না
উনা উনা ফংলমদে
নোক্লা নোক্লা মাংনবম্মী
ঐনা চেল্লি মানা ফংদনবা
মানা তান্নবম্মী ঐবু ফানবা।

নৈকায় মচাশিং য়েংলি
ঐখোয় অনিগী মতৌদুদা
হৌমিন কামীন্নবকপশিং নোক্লি
অৱা পোত্থাবি লম্বীদুদা
কনাগুম্বনা তাক্নুনা লম্বী
কনাগুম্বনা তাক্নুনা লোৎফম।
মোংশোং অমদগী মোংশোং অমদা
হাবুং অমদগী অকোকপদুদা
ইউ উনবম্মী
অদুবু ঐনা চেনখি,
ঐনা লোৎলি
মানা তাল্লি
মানা থীবি
কোযলোৎ লোৎলি
ফংননবা তান্নবি।
মানা থাকলম্মী লাং
ঐগী খোঙ্গুল উনবা
চীংচেপ্পুগী অৱাংবা উ
কাবম্মী লাংদু নাম্থোকনবা
মাসু কাবম্মী অতোপ্পা উ
মতোন হাযাজন্নদুনা
নোকমীন্নবম্মী ঐখোয অনিনা।
মীকপ থোক্লে নোক্লা নোক্লা
তুমথবা যাদ' হৌগৎলে
হাংদোকক্লুবদদি মমাং থোঙ
কযাদি ফজবে অহিং

---

কোকতোন্দা থোক্লম্মী
লাংবনগী নিন্দুং থা
অবাপ্পদা ঙাম্থোইবম্মী
নাযতোম্নব শজিকসু তোমথিন্না।
অইংবা নুংশিং মবক্তুদা
ফকচিল্লম্বা হকচাং তেকখৎহল্লি
নিংশিংহল্লি হৌমীন কামীন্নবকপশিং
উনা উনা লাপথোক্লববশিং
হিংবগী লানফম মাযোক্লবিবশিং
নোংমতসু অৱা নুংঙাই হংনখিদবে
তাম্নদুনা মপাউসু হংদবে
উননবসু থোংজিন্দা লেপ্পদবে।
হিংলি হায়বদি খংনবি ঙম্নমক
নুংশিনবা ৱাৎলবা মালেম
শান্তি লৈত্রবা লমদম
থাজবা লৈনদ্রবা পুন্সি
লেপ্লি ঐখোয় পুম্নমক
ঙাইদুনা অবোইবা মীকুপ্তো
ঐসু ঐগী পুন্সি
মাসু মাগী পুন্সি ॥ ☯

১৬।০১।২০০৩

# বস ড্রাইভর

লমশাং থৌবিবা বস ড্রাইভব
পুবি মখল মথেলগী মীওই কয়া
মাগী মাগী পম্পুংফমদা,
লম্বীশিদা চৎলি লিশাং শিংনা
মাগী মথৌ গাড়ী থৌবনি
বস খাম্মী, মী হাপ্পী, মী থাদে
বস থৌবা শিনফমশিনা
মাগী মবুক থল্লি
অদুনা বস থৌবি।
মবুকচেল শেংজবা শেল খোম্বা
খৎনৈ লাউনৈ বস তোংলিবশিংগা
শেল শুনা পীনীংদবশিংগা
লৈবাক মচা তাবা খবদুনা
মচিলনা থোক্লদি হায়দ্রবসু
খঞ্জে মপুক্লিংদা
অসুক নুংঙাইনা পম্পুংফম যৌববসিদা
শেল পীনীংদবা অণ্ডকপনি।
শেল খোম্বনা শাওবি
গাড়ীদগী কুমথহৌবো ঙাংলি
ৱাখল তাবা মাল্লবা
শেল পীনীংদবদুনা তপ্পা ঙাংলি
অপীবা খবসে লৌবো কৈদৌ্গে

হোবেল গাড়ী মপুনা ফঙগদবসিবু
নঙগী মাঙজবদি নত্তেদনা
দ্রাইভবনসু খল্লি
ঐনা ফঙগদবসু নত্তে
গাডীগী খোঙজেল যাংখৎলকই
ঙাংনবিবদো তাশিন্নদে হংদে।
শেল লৌবা অঙাংনা খল্লি
ঐগীদি শেল ফজনা খোম্বনি
মসিনা ঐগী শিনফমনি
মশিনা ঐগী থৌদাংনি
ঐগীদি তৌফম থোকপনি
অদুবু মীচঙ লৈতে।
ফৎচিল্লক্কে তপ্না তপ্না
গাডী নোং যুশিল্লকই
থোঙনাউ মীংশেল কার্যশিল্লকই
গাড়ী মপুনা শেম্বীবক্কে পাত্তি
পাথাখি লম্বীদগী চাত্তি
দ্রাইভরস শেল খোল্বসু
চেল্লি পুন্নদমক ।

০২/০৫/২০০৪

# শাউমননসু শাউমনদেদা

লীকং তেন মালহনবগী মহুত্তা
শক্তম নাইদবা মোংশোংগুম্না
শুকতোকউ পীশুম নুপীশা
অদুগা মৈবুল ওম্বোকউ
শজি মীতাগী মহুত্তা
কুন্দো পরেং লেংনব হক লৈত্রবা
নৌববী খুংশাদুনা পাযখৎলু
থাঙ, তেন, নুঙথং
থম্বৌ হেবাগী মহুত্তা
মক্রক মক্রক নাযহল্লু তোংশাশিং
পাম্বোম মকু মাশং কাহল্লু
অদুগা কযাবক থোমজল্ল
নখুৎতুনা মকোক্তুদা
উফুল ওনদ্রিবমখৈ যৈখাযযু
অনৌবা মীবোল অমা শেম্নবা
নুপীবু ইকায খুম্নবা
নুপীগী হক মৎতবা
অনৌবা খুন্নাই শেম্নবা।
নুমিৎ থানা মীতাবা
মঙাল ফঙবা থবাক
নুঙজাউগুম খিল্লু মতুম মতুম
চপখাযযু ঙকথী
নুংশা শ্বব ফুন্দ্রিফাউবা
মুখৎলু মালেমসিদগী অকাম্বা

শাগী লিচৎ ঙম্নমক
কুইবক্লে ! পঙথবক্লিবা,
ইকাইথীবীগী মীংদা
লফু নেম্ল্লা মাল্লবা
নুবাগী ফৈবাক খুবোম
যোৎকী মশক ওইহল্লু
হাৎলু ফৈবাক্তা
হাযহৎ হাযহৎতুনা
নশম পুনশিনগেবা,
থাদোক্কেবা,
খ্বাংচেৎ লাকশিনগেবা,
নফি কোমগেবা
নুপী নঙবু শাউদেদা।।

২৯/১০/২০০৪

# য়োংফালগী ব্রাখল

যোংফান্দুগী মথক্তুদা
যৈবি চাউববা নুঙথংদুনা হন্না হন্না
পাঙ্গল্লবশিংনা শিন্ন শিন্নদুনা
অযাকপা মখোলগা লোযননা
থোকখি যোংচৈশিং
মথং মথং
যোংফালদুগী মথক্তগী
মওং মবিন নাইদুনা
মথৌ কয়া হাপখি।
খনখি যোংফালদুনা
খাংনা- খাংনা
ঐ কৈদৌঙৈ নুঙথং ওইগনি ? ☯

১৬/১১/২০০৮

# শামরক হিংচাবা

চাউখৎলবা মালেমশিগী লম্বী কযা
ঙসিদি চৎপা হৈত্রে
চাউখৎলবা মতমশিদা
চাউখৎলবা মীওইবা খুন্নাইনা।
আ ! চাউখৎত্রিবৈঙেগী
লম্বী কযা
নঙনা অমুক কযাদা ফজবিবা
মতমদুগী মীওই কযানা
কযাদা নুংশিনা চৎলম্লিবা
মীওইবগী পুকচেলগা লোযননা
ঙসিসু শক্ল শোন্নহৌবিবা।
ফি শেৎত্রিবৈঙেগী
লৈকুৎ লৈবাযদ লৈবিবৈঙে
মীওইবনা যুম্লীং খুম্লিংদ্রিবৈঙে
অসুম্না তৌনবম্বিবা
মীনা মীবু ওৎপা
মীনা মীবু ইকায়খুম্নদবা
মীবক্তা মীগী লৈফম লৈতবা
শামবক হিংচাবা মবক্কী পুকচেল।
যাচঙলকপা মতুং থিংজিল্লকপা মখুৎ
মতু চোম্বা মুশুক মুবা
মমিৎ লাউবা হিংচা য়াইতম্বা
কবাম্বা মখুৎ নৈহৎপা হৈবা

মী মান্বা মখোযশিং
ঈশৈ কন্না খোঙবা ঙম্মী
টি ভি কন্না লৈখৎপা হৈ
অদুবু তাবা ঙমদে
মীনুংশিগী মনা পান্দে
মীওইবগী পুকচেল চেন্দে
শুমাং নাকচিদা ওৎপা ঙম্মী,
মাঙ্গোল কাচিন্দা
নমজা নমথেক্লবা ঙম্মী
নুজা ওইবী কযাগী ইকায খুম্নবা
মবুং মৌপ্বা, মমা মপাগী মমাঙদা।
মখোযনা তাবা ঙমখিদে
ইমা! ইমা! ইমা! লাউখিবশিং
মখোয ইকাযবা নাযদে
শবাক তন্নবী কযাগী
মতিলনা মমাযদা শিৎচিনখিবা।
মখোয খঙবা ঙমখিদে
থম্মোযগী ব্রা কযা
চমজববী উপায লৈজদ্রবী
মবাল লৈজদ্রবী কযানা
নুংহিক্লনা হাযজবা কযা।
মখোযনা ঙম্মী
থম্বালগুম থোৎলবা
লৈকানুংদা মোৎশিনবা,
লোক- তিন অকান্বা
অমোৎপা কযা হৈথবা

অদুগা অকনবা নোংমৈ মরু কয়া
মশিং খঙদনা কাপশিন্দুনা
শিঙকুপ শিঙকুপ শাহনবা।
অদুগা অশিমসু ঙন্মী
ব্রায়েল চৈবাক চৎথদনা
মীবু পৎ পৎ থদৎপা
থম্বৌগুম মতেক মতেক থুদেকপা
গৌ গৌ চাথোকপা।☯

১৫।১০।২০০৪

# লৈথক লৈখা

তাশিল্লক্লি নুমিৎ তপ্না তপ্না
লোনশিল্লক্লি থোঙ মথং মথং
চিংথবক্লি সওব থংন থংনবশিং
অদুবু হাংদোক্লি থম্মোযগী থোঙশিং
শাউকুবগী চৈথেংনা
থল্লমলি হক্তুনা মাযথোংশিংদা
কোকনাইদবা ওইদুনা পুন্সিগী
পাপতুগী পাপীদুনা,
পাপী ওন্দুনা পুন্য যেল্লি ।৬

৩১/১০/২০০৭

# থেৎলুসি নাপ্পদা

গোমজবিবদো
মহৌশা খুৎশেম তুংইনজা
শাৎচনবা থৌবাংজবীদো
খোইমুনা নাপ্পদা ঙঙলম্বগীদমক
থুই! তুক্কৎচৈ
অমুক উপহন
অমুক লোংহন
ষণ'মুক শাহন।
শম্বলশিংদো
হৱাই মতোন চাবশিংদো
কবম্না থৱাই পাম্বশিংনো ?
চাউখৎলবা মীওইবা খুন্নাইগী
মঙকশমদা,
মযা থাংদনা তুপনবা
তপ্না তপ্না লেম্বশিংদো।
হা!
মথৱাইদি খাক্লম্বা!
অদুদি হিংহনশিদনা!
কনা লৈবগে
থৌনা ফবা খোইবাবা
চৎসি ঙঙলুসি চোইজাইনবা লৈনাশিং খোমজিল্লুসি,
নাপ্পদা লেন্নদুনা থেৎলুসি।
থৌনা ফবী মহাক্তো
অনৌবা যাওন পুবকপগী... ক্তা
কুন্দো পবেং হুকপী...সি
মতমগী খুদম ওইনবা
লংজকবসিং লান্নবা
লাঞ্জদর্বাশিং মীপাইদনা। ... ১৫।২।২০০৩

# কাংসিগী মখোল

তাজৌনে তাজৌনে!
নণাকোং থাঙ্গৎতুনা
নাশোল পীক্লা যৈবীবা
মিববা কাংসি মখোলসে।
নাতোন নম্বা, মিৎ খুবা
চাইকং চাউবা, মবেপ নেম্বা
তুম্বা হেনমল্লে মীকপ থোক্লো
তাজৌনে তাজৌনে নণাকোং থাঙ্গৎতুনা
নাশোলননা যৈবীবা কাংসি মখোল।
ঈপল হিঙ্গোল ঙমখৈদা
মাযকৈ থুংনা হৌবম্বা
মবিবোক ,শন্নৈবী, উত্তং, ৱাতংখোই,উই .
ৱাপল মশক উখিদবে।
চহাউ নম্বী নুংশিবী শেবোৎ
খোইথুম্নবা চবা মাইবেল
লেক লেক লাউবা তথোৎপা হঙ্গাম
তনৌ তনৌবী মীতৈ কোবী
ফোং ফোং কাযবা মৈকিবী পাল
তগৎ তগৎপা মনা মশিং
তগুপ তগুপ্পা মবোই মপাং
ঙম্নমক মাঙখবে, পুম্নমক লোৎখবে।
চীঙ্গোলগী মমুন ফাব' উহৈ
তম্পাক্কী খোইথুমনব' মহাউ
সনা কৈথেলদগী মাঙখবে
থৱাই ওইজবা খালী লৌবুক্রুসু

ফৌবেল মোইবাংফৌ চংলৈ মাঙখবে
মিংশেলগুম লংলম্বা পাৎ
ওল্লক্লে লৈকংলা তপ্লা তপ্লা
হৈকক যেল্লি কম্বোং
খুইথবক্লে তপ্লা তপ্লা
ঙাক্রো, ঙাতোন, ঙাবোয়, ঙাবেল
ঙাবা ঙাথী ঙাতীন
ঙানপ, ঙাহৈ ,ঙাতোন, ঙাশেকশা,
পেঙবা, থবাক .শবেঙ, শবেঙ খোয়বী
মুৎশিল্লক্লে ঈপাক্তগী ঙম্লা।
কোম্বীবৈ, কুশুমলৈ, উবিবৈ,
সনাবৈ, কুন্দো, যেকমলৈ
চিনিচন্দ্রা, থাবল্লৈ, শিঙ্গাবৈ
লৈকোলদগী ঙম্লা লোৎখবে
নাপ্পগী নাচোম হাংহৌবে
নিংথীবীগী ফিজেৎ হোংখবে
শংব্রে,চবোৎ অঙৌবা, খোংজাই নাপী
নীংদু যৈবা মুব' শম্লাং
অশৈবশিংনা শৈথাখিদবে
চীঙ্গোলগী তময়াগী উমং
উমং লাইগী লাইবুংদগী
চীংশু উচান শহি উয়ুং
তুখবে উতোপ্তন থনখবে
তিংথৌ, লাংথ্রে, নোঙমাংখা. পেকক,
তাইবেল, নোংলৈশং, শৈজাক,
তুমীন তুমীন লৈখবে।
চিনি চফু লৈতবে
ইবোক্কী হৈঙাল লোৎখবে

কৈথেল ঙামোকসু ওনখবে
চাউবী চফু মাংখবে।
হোটেলগী পুক্সি ওনখবে
লুপা খাওজাউ থিবদা
চিঞ্জাক মযোম মবক্তা
মীবমগী লৈহাউদা লোক্লকপা
মীযান চিঞ্জাক চাকৈঙে
শকওংশু হোংলে, শক্তমসু হোংলে
ৱাখলসু ওল্লে, ইনাৎসু হোংলে,
যিজেৎ চাকজেৎ, চাকচা যুথক
ৱাঙাং শঙাং যুন্নে কৈবৈ
হিংবা লৈবা ঙম্নমক ওল্লে।
ককপীবে নশম, কোকপীবে নকোই
তৈথোকপীবে শেংবীবে নখোঙগী খোঙউপ
যৌশল্লক্লে মাঙ্গোলদা প্লাসটিক কোকথোং
শান্নপোৎ, অচাপোৎ, অকে অমৌশিং
থিংজিল্লক্লে মখুৎ চাকশঙগী লৈবঙদা
তিংশিংলক্লে ৱাযাব নযুমগী কাদা
শাবীবে নযুমসু মীতোপনা
তৈবীবে মচু ফক্লাংদা
মুনখবে শিনফম মীযানচাশিংনা
হৌনদুনা চেনখবে নাৎ
শক্তমদগী তোঙাল্লে লমচৎ
মীকপ থোক্লো! মীকপ থোক্লো!
কাংসিগী মখোলদা ঈচেলসিনা চেম্থদ্রিবৈঙে।।

১৯।১।২০০৬

# অহাংবা

তেংবান্নবু শেম্নীবা
অচৎ চৎত লেংলি পাল্লিবা
পুম্নমকপু শেম্নীবা
উজাও উবেন ব্রাংথোইবা
চীংজাউ চীংলেন অথোইবা
ঈপাক ঈবেল নিংথিবা
অব্রাৎ অপা লৈতবা
পোকপা শিবা নাইদবা
পুম্নমক্কী মপু ইবুংঙো,
কবিসু ব্রাৎতবা নঙগীদমক
চান্নমক্কী ব্রাবীবি য়াম্নমক,
নঙগী নচাশিং অসিনা
নঙগী নফমদা কৎসিল্লি
ব্রাচৎ ব্রানোম তৌসিল্লি
নঙবু নীংনবি
নঙোন্দগী নিজবি
গঞ্জা কানি হেবোইন
গুলি , যু ফাহন্বীনু
মী ললোনবা য়াহন্বীযু
পাঙ্গল মযেং তাহন্বীনু
নঙবু নীংনবি ওইজনবা
খোপচিম্বা, পৈশিম্বা ফঙনবা।
হায়বীয়ু মখোয়না নিববা
মীযামগী যাইফনবা তৌজগে

অচুম্বগী মাই লৈজবোই
লাল লৈতনা হিংজগে
লালগী চৈথেং খঙজবোই
মালেম ঈচিক হুলহন্বীযু
নুংশি চান্নবা পীনবীযু।
নঙনা পুন্নমক উবীবি
নঙনা পুন্নমক তাবীবি
অহাংবগী অহাংবা,
অহাংবা মবক অসিদা॥☯

২৫।২।২০০৯

# থাশিগী মৈঙাল

নুংথিল পোবোগ্পা থৌজিল্লকপা
টাটাগী মনীংদা কেশিল্লকই
খিনগৎলকই, খিনগৎলকই
ঈশৈ নোংমাই।
যোংকী শবং মনুংদা
ফাজিন্দুনা থন্নীবিবা ব্রোইলবশিংদুনা
তথক তথকই, য়েংঙ্গী
ইবং লংনা থাল্লিবা
শাবং মথক্কী মৈসিংদুদা।
কুপ্পী থুংবা মপা
অশোনবা অহল মপুবোইবদো
মমা মচানা পুথোবকই
কেসিনবীববা টাটা মনীংদুদা
অদুগা লাউথোবকই
হাউসি, হাউস ফুল।
শাবং মনুংদগী ব্রোইলবদুগা
মীচান্নে ঙাইহাক অহল,
মেবাগী থাশি অহিংদা
যানশিল্লবা নাৎকী মঙালদা
মৈগী কুম্মৈ মবক্তা
খৃশেন্না মাঙহল্লবা মশক
উবকই তনিক্লবা থব্বান।

২০।১০।২০০৩

# লিলগী মচৎ

যুম পুবিবা মখোয়না
নোংমগী শিম্থা লোযবদুনা
খন্ন নৈনবা লোযবদুনা নোংমদুগী
কবম্না অফবা যুম ওইহনসিগে
মযুমদ হঞ্জবকই হবাউনা
তমজগদবগী নৈনকুবা মপাউ।
মফি হোংলিঙৈ
তফিং তফিং চেল্লকই
যোকপীবক্লিবী ইমা লুখ্রাবী
নুংশা মপী হোন্দুনা
লাউনে কবিনো অমা লৈবেনে,
তপথবা যুমগী শিলিং মথক্তা
মনাউ নিপাগী ফামুং মথক্তা
খৃ! খৃ! কাম্লকই
হৌদোংনিদা কৈসু নত্তেদা
ইমুং মনুংগী মীওইশিং
পাউ পী মমানা
মথং মথং থোমজিল্লকই
মযাম হৌনদুনা তাই মখোলদো
খৃ! খৃ! কাম্লকই।
হৌদোং নত্তে লিলনি
ফমাংদা লৈবিবা চৈতুপ
তাপ পায মনাউনিপা

নুংঙাইনা তুমজবিবা মচাশিং
তাপ তাপ পোখৎলি
মৌ মচা মচাশিংদুনা।
কোযসিল্লি কাদু যুম্বুদুনা
ফল্লাংগী অহোবা মবক্তা
উবকই উচি অম্মা
মমিং মনা তথক তথক
যুম্বুদুনা খঙহৌদনা লাউবকই
লিলনি লিলনি খাউবৌনি
ব্রাংমদগীসু লাউবকই লিলনি।
নুপীশিং থক্কৎলি
তুমিন লৈখি ঙাইহাক
যুম্মুনা চাক থাংতোকই
হুক্লি চখোম অমা'নি।
লাউবকই নুপীশিংনা
থোবক্কে থোবক্কে
শাংই চাউই লোই খম্বা নাইদে
হৌদোকও অঙাং অতৈশিং
তুম্মখ্রবা অতৈশিং।
পাউ পিযু পাউ পিযু
তূ । তূ। উবে
চাক চাবম্বা ফুক হৌগৎলি
অতৈ অঙাংশিং পোখৎলি
হৌদোকলনু হৌদোকলুনু তম্লনু
থক্কৎখিনি পাখৎখিনি।
ইমাগী ফমথক মথক্তা

সনামহি কাচিনগী খাঙঙাবু মথক্তা
হুমদাং অমদগী হুমদাং অমা হেন্না
লংত্রিক লঙনা লৈবক্মী
মমৈ উদে কযাম শাংলিবা
র্তোচ লাইট র্তোচ লাইট
মমিৎতা কাপ্লনু মশাদা কাপ্লু
হাৎকনু হাৎকনু
চেং লৈ কৎলু
হাৎকনু ! হাৎকনু !
তপ্না হোযদোকখিসি।
মীযামগী মীনিল তাবদা
তপ্না তপ্না হঞ্জিলখি
মকোক চিংসিল্লদুনা
নাপলগা লোযননা
কোন্দুনা লৈ হুমদাংদা
লোং চৈতুপ থীনবকই
শিলিং মনুংদা চংখি
লেপ্তুনা।এল্লি শিলিং
মনিংথোঙলোমদা চংলগা
মকোক উৎলম্বা মফমদা থিবি, শংঙি।
কৈবাক পুবকউ
জিঙ্খ্র ফাক্তোকসি
থোবক্লে থোবক্লে অমুক
মীযাম হৌবকই অমুক
নহামচাশিং মযাম থোমজিল্লকই
লাই নত্তে লাই নত্তে

ইমাশিং লাউবকই
লোং ! লোং ! লোং !
উবে ! উবে !
মকোক্লি ! মমৈনি !
খৃ ! খৃ ! কন্নকই
অতাবা মখৈ মীপাইনৈ
নৃপীশিং হোয়দোকই
থীনা থীনা কান্নকই
তূজুংবা ফাউনৈ অতাবশিং
থোবক্লে থোবক্লে
কাশিংদা য়েংঙু
গোদ্রোং গদ্রাং
গোদ্রোং গদ্রাং।
মপান্দা শঙবশিং ময়াম লাউনৈ
ইমুংদগী মীয়াম চেহ্লোবক্লে
মপান্দা থীল্লবোই নীঙদুনা
তাখবে তাখবে
লৈবে লৈবে লোং !
উখিদে মাঙখি
ফক্লাং শিংখোং মযাদা
মাঙখবে লোংখি
চংখিদে খঙঙি
ময়াম য়েংঙী থীন্দুনা ফুদুনা
হায়নবিবনি কাম্ভদা লিল চংবা
নুংঙাইতবগী ৱাদি

শিলিং মথক্তা চংশিল্লক্লে
তুম্ফম কাদা কান্নবে
অহিং তঙ্খায় চনশিল্লক্লে
হোয নোঙদি ঙাল্লনি।
অঙানবদা য়েংলসি
কা থাদোক্লুনা থৈদোক্লি
অদুবু যুম্নুদি অতাতাইনি
যুম থাদোকপা য়াদে
চংখবে ফমুংদা
হয়েং ঙন্তা থবক লৈ
কেক্রুপাং শেংবগী ।

১৯।০৬।২০০৬

# ভিক্তিম

পোজ তৌবা ময়াম লাকই
পোজ তৌফমদা
পোজব মকোক্লা কৌথোকই
পোজবশিং মথং মথং
লেপ্লি পবেং পবেং
পোজ তৌনবা ফম্পাক্তা।
মানা মানা হৈজবা পোজ
তৌই মথং মথং
খুবাক খুনৈ পোজবশিং
থাগৎলি পোজব মকোক্লা
পোজ তৌবশিংগী পোজদা
অদুগা পোজ তৌই মানা।
পোজ তৌবা মশেল
পোজ তৌদুনা হংনৈ
মখোয় মশেল যোন্নে
মমল কাহল্লি
অমনা অমদা
লৈগদবা মী মকোক চিকই
পোজ তৌরবগী ।

২৯/০৪/২০০৭

# নম্বুল

নোংমা থুংলুই অপুম্বী নম্বুল মপান্দা
অপুম্বী নম্বুলনা নমথীনা চেল্লি
কোঙ্গোল প্রীক প্রীক কাদুনা
হি যাই লোৎশিন্দুনা।
শুগৎপা শক্তম নিংবা কাযবা মাযথোংশিং
ফুনগৎলবা নুংশা শোব
কাংখুলদা চৈথেং ফঙলবশিং
অকিবা মায কযানা তাউথহৌই
কপ্না লাউনদুনা ঈমাযদা
ঈচেলদুনা চেম্থুঙমদা খাংলি
যোত্লিং ফলাং চন্দুনা
ফকচিল্লবা মঙম শান্দ্রবা পূন্সি
মংফম অমা ফংনবগীদমক
ফোবগী যেতুম মতোন্দা
মিশিগী চিন্দোল উতোঙদা।
মবুক পাযহৌবি চবা তানবশিং
ফিজোলনা কুপ্পা থুংদবা মবুকশিং
নীং তম্বা মফমদা মীখা পোন্দুনা,
লাম্মী অমদি মীচমগী
অমত্তা ওইবা অঙাংবা মচুনা
মফম খুদিং চুবি
অদুগা লাইবকশিংদা অমুবা নমশা
অঙৌবা ফিজোলশিংনা মশাদা।
নুংঙাইবদা তাউথবকপা কোঙ্গোলশিং
উইকুম উইকুম্নদুনা তাল্লি
মঙ্গুম্বগী মৈখুনা মল্লি নোংমদোন
অপুম্বী নম্বুলগী মথক্তা
পিদোল নৱাশিংগী পিবাংনা
তপা তপা তাহৌবি।

৩০/০৪/২০০৭

# ইথৌগী লাইশোল

"লম্বীশিংসে চৎপা কিকো
খোঙবান্দা তাগদবা মাল্লি"
"কবিবুনো কিবিবো
অসুক নানবা লম্বীসিদা"
ঐ কিঅবা! কিঅবা!
লম্বীদো ঐনা ঙল্লিঙৈদা
অঙম্বা ওইবিঙদা শেমখিবনি।
থোংদু লানবা কিকো
থোঙদু তেক্কুনা শিগনি
ঐ লোযনা খঙঙি
ঐনা ঙল্লীঙৈদা শাখিবনি
অঙম্বা ওইবিঙৈদা শাখিবনি।
ফুলশিংসিদা ইশুশিং
লাইবিক তমহনগনু,
মখোয়না কবি তম্বীবমগনি
ঐ কিকো ঐ কি,
ঐনা অঙম্বা ওইবিঙৈদা
লৌবম্বা ওজাশিংনি মখোযশিং।
লাযেংশঙশিদা ঐবু লাযেংবিগনু
পাযজ নুংথং পায়বগদবা মহৈবোযশিং
ঐনা ঙল্লীঙৈদা ডাক্তব তমহল্লম্বনি
তমহনবখক্তী কদাইনো
ঐনা ঙল্লীঙৈদা
হাপ্লম্বা ডাক্তবশিংনি
লাযেংশঙ্শিদা ঐবু লায়েংবীগনু

ঐ কিকো ।
মীৎ উইশিন্বা য়াদবে
নুমিৎ তাবমদাই মমলমদাই
অচুম্বা অমত্তা তৌহৌদে
অফবা অমত্তা হৌদোক্লমদে।
লৌজনামগী লাংদুদা
লুপা খাউজাউ থুবিঙৈ
ঐনা থাকচবম্বা লাংশিংদুদা
ঈগী হুমাং শিন্থদুনা
মবুক পাইহৌববা কযাশিং,
উইকম্বা ইচা পোক্লবে
লান্না তানখিবা শেলশিং
চুমথোকপদা চৎখবে
ইচাবা মীচাবা মমলে
ঐনা তৌখিবশিংদুগা
যানশিন্নবা ঙাক্তা ঙাইবে
পোৎযানগী মতমসিদা
মীযান ঙাক্তা।
ঐ লেপকে মফমসিদা
মফমসিখক্তি থাজে কিদে
অচুম্বা তৌবা শেংলবা
ইপা ইমাদুনা লেপ্লীবম্বা মফমনি
ঐ কিকো ঐ কি
অতৈদা ঐবু পুগনু ।

০২।০১।২০০৭

# ফিবুল নমশিল্লবা চীন

হায়নৈ মীওইপোক্তা পোক্লবা
চহি লিশিং তোপ তৌই
বুদ্ধানা।
মশিনা চুপ্লবদি ইবুংঙো
পোকনিংবা তাববদি নঙনা,
কৎচবি পোকঙমদবা মপোকসে
পোকপীয় ইবুংঙো
ইহুৎ শিন্দুনা ঐগী।
নত্রগা
অমুক পোকহনবা তাববদি
পোকহনবীয় নুংদুম ওইদুনা
চুপ চুপ লুপখিনবা
তুমীন্না ওন্দুনা লৈনবা
থবো থবো লৈমাযদা
যেঙহৈদবা তাহৈদবা কয়াশিং,
তুংগী মীবোন্দ,
ঙাঙনিং [illegible] থৌদোক থাখোকশিং।

*০৩/০৯/২০০৩*

# হিংচাবীগী ফাদোক

নঙনা মুনা য়েংলমখি
নতাবোইশিং কয়াদগী লৈথদুনা
হাংদোক্লিবা খোঙজাউ পাইদুনা
ইদোম হংহৌই তুমিন্না
কবি মবমগী ওইবিগবা ?
ঐনা হংখি অমুক
নোংমা থেংনখিবা মীকুপ্তো
নঙনা খুমলকখি
ইতিং তিংনা, নুমিৎ খবনি
উবা ফংলবোই খন
য়েংখিবনি য়েংনিংনা।
মেবা থাশি অহিংদো
লেম্নগে খল্লুই ঐনা
মোমগী অমেংবা মঙালদা
য়েংনিংখি ঐনা পেন্না
নঙগী পিশুম থাংদোক্লুনা
চীংশাং নাপোমশিং অদুদা,
চোইজাইনববা শন্নাংশিং থাদোক্লুনা
উচান মনা মবক্তা,
থাশিগী অহিংদুগা চাংদম্নদুনা
কনানা হেল্লি ফজবা
থামল্বা অহিং অদুদা
অবংবা থবান মরক্তা

ঐনা কোয়থি থিখি।
নঙ য়াউববা, নঙ য়াউববা
ঐনা ব্রাহৈ থিখি
হায়ঙম তৌঙমদবী নংগী
য়াকাতবু য়েংদুনা লৈখি
ইনিংখি পেন্না ইনিংখি
অদুগদি থাশি অহিংদুদা
অইংবা মালঙ মবক্তুদা
লৈকোন্দুদা নাতোন চাবীগী
ঐনা থিখি
নুংশিবৈ লৈবাংগী লৈনম।
হা! ঐ চাখিববা ?
থাশি অহিংদুদা খোযজংনা
পামজনা থোংখিবা মথেল
ফৌমান খন্দবা চেংগী
মপু যাম্বনা থোংবা চাক,
তপ্না তপ্না শাইদুনা
ঐ চাখিমানে চাক।
পাস্টর ইন্সটিটিউত্তা পেবিসকী
১৯৮৩ দা শাফোঙখিবী,
হিংচবীদুনা পুখি হায
অনা লাযেঙগী ফামুংদুদা
নঙনা হিপ্লমখি হৈনদনা
ফকচিনখি ঐগী ব্রাখল

মীকুপশিংদো ওইথোক্তবা কয়া
থাজদনা ওইহন্নিংখি মংলানগুম।
শুকচৎ চৎনিংখিদে ননাক্তগী
পাউ অমা তম্লমদ্রিবঁ
পাউদুদি পুন্সিশিংদুগী মবমনি
লমহাংনহৌবগদবা পুন্সি কয়াশিং
পুন্সিদুদি কবম্না তাশিনগনি
মাযকৈ লেপ্পা মফমদুদা
চোয়জাযনববা লিক্লুগুম অসুম
মাযকৈ শলাই খংদনা
লৌখৎফম খঙদনা তাহৌবগদবা ?
চীংজাউ নাপোম লান্দুনা
লম্বী লমশাং চৎলুবে
রাখলশিদি লৈহৌবে মফমদুদা
অনা লাযেঙগী ফামুংদুদা
পুন্সি কযাগী পুন্সিদো
হিংচাবীদুনা চিংদুনা পুবমগদ্রা ?
লাংতক লাংতক্লা মীবমদুদা ।☯

৭।১১।২০০৫

# লেঙদ্রবা লন

হিংনবগী লানফম ময়ায়দা
চোকথবা নায়দ্রবা ইমাদুদা
লমজেল চেল্লিবা লমজেলোয়দুনা
হিংহনবীদুনা নাউকোখীবক্লবা মচাদুনা
শুকতোক শুকতোক্লুনা হঙ্লি
ঐখোয়গী কবি থম্বীবল্লে ?
শক পোলাংগী মিতম
অঙৌবা পোক্কী শন্নাং
উপাই লৈত্রবা ইমাদুগী
ৱা ঙাঙদবা মায়খোংদা
য়ুমলিংদুনা খুন্দাববা
কৈবোল লৈকাই খুন্নাই
চিশ্বফদবা থৌদোক ৱাথোক ।
ৱাকচিংগী অঙম্বা অয়ুক্তা
ঈতুম ফি শেত্তুনা
শেংদোক্লবা পুক্রিং হকচাংনা
মনা মশিংগী অচম্বা চিঙ্গাক
অচুম্বা ঙাংবা অচুম্বা তৌবা
চুম্না য়েংবা চুম্না হিংবা
পুম্নমক্তগী হেম্বা, পুম্নমক্তগী তাঙ্বা
চাংদম্নকই ঐনা উবগা।
খোপচিল্লুবা, হবাল্লুবা, লাক্লুব
লুপা মপৈ মপৈ,
হবান লান্নদা খোপচিল্লুবা

মখোল মখোলদুদা,
জিপ, কাব, খোঙ্গোইনদুনা
অফবা উবা ওমদ্রবা
তিঞ্জং কায়জংলবা চাবোল শুবোল
লায়চুববা কয়া কয়া
শেমজিন্বা ওমদ্রবা য়ুমদুদা
তাক্লবা মবল মথুম
চাক্লি ফিনিবদগী তোল্লবা
হয়িং শঙ্গু ইল্লবা
উইকম উইকম হিংলিবা
কাপশিল্লীবা শিংলিদা হু কয়া
চাশিল্লবা চীন্বালদা অপুম অশা
কয়াদা মমল য়ামখ্রবা
চাংদম্লবা য়াবা নত্তে।
ফাউনবি লোন অমগা অমগা
চীংলোন মাপলগী ব্রাংমদসু
শক চু তিন্নদ্রবা কয়াগা
খল্লি মালেমসিগী য়াইফনবা
তৌবি মীয়ামগী য়াইফনবা
ঙাংলি খুন্নাইশিগী য়াইফনবা
পোকপীবি অনৌবা মপোক
ঈশিং খজিক্তং হৈদুনা
মখোঙ খাজিক্তং শোমদুনা
শিবু মমল নাযববা

অফবা য়াখল খলহনবা
অচুম্বা মীযেং যেংহনবা
মীযামগী যাইফনবা তৌবিবা
নওনা থম্বীবম্বা খ্বাইদগী মমল য়াম্লবা
মমল নাযদ্রবা লনশিংগী
লীশিংলক ইকোক নোঞ্জবি ।☯
২৭।৫।২০০৬

# তা দোং দোংনি

ঙবাংতা সাইকল থৌহৌবা
ঙসিনা এবোপ্লেন তোংহৌবে
তেঞ্জৈমুক যাংনা হোংহৌবে
মসিনসু মদোমদে
ঘড়ী অমুক সি
ফৌবোম অমুক খোমজিন
মোম অমুক থান
খুবাক অমুক খন
লাতেন অমুক লৈখং
নংতে মখোযশিবু
খোঙ্গ্রাউ অমুক লৌথোক
ফনেক অমুক থোকহন
যেংশিবনে ঐবু অমুক্তা
মমৈগা কোনশিন্দুনা যাউববা।
মথৌ মশক খংদবা
লৈখা তবাবশিং অদুনা
হঙ্গাম মপুল লৈবগুম
ফদিগোম মপুল খোম্বগুম
লৈবগা তুমজবীবা মাগীদমক
কিশি শেংখিবা কয়াশিংদু
মৈতাল মৈফু অমগীদমক
মথং মথং চোংথোক্লবকই
যুম্বাল তোযবী পাঙ্খক
লমজা পুবী মহাকথক

লাউবকই্ মচা মনাইনা
চহী মঙা তুন্নুববা
মীকপ খংথোক থোক্লকই্
মীৎ পাংলবদা থাদোবকই্
লাউবকই্ মচা মনাই্
মাইক্কী মতেঙ লৌজদুনা
হৌখিবা চহি্ মঙা
তুন্নিঙৈদা খঙজহৌদবে
মৈ ঙাল্লিববা য়েংজহৌদবে
ঈশিং থক্লিববা য়েংজহৌদবে
অনা লায়েঙশং থমহৌদবে
নুপানা নুপী ঙাক্লীববা
নুপীনা নুপা ঙাক্লীববা
ইচল ইচে কয়া
নমজা নমথেক্লখিবা তাজহৌদবে।
মতম্মদি খুয়ৌনখিবনা
য়ুমথোঙ য়ুমথোঙ চংদুনা
শেগা মাইগা তান্নজবসু ফংজহৌদবে
পুকমেন পাউমেন্নবসু ঙমজহৌদবে
শ্রী তুমগনবগী মহুৎ শিঞ্জ
কাউগনবা হায়জিনগনবা কাংবুগী
মচা মনাই্ ওইবা ঐখোয়না
খুবাক চাংজৌ তবা লোন্না
হন্না হন্না খুকমজবি নুংশিবীয়ু চানবীয়ু
অদোমগী মমল য়াম্লবা

ভোটকী শিল নম্বীদুনা
ইবমদম কনবদা যাউহ্নবীযু
নুংওল্লু যাদেদা থম্মোইসে
লাউবিবশে কনাসু নত্তেনে
অতে কনাসু নত্তেনে
যেনিং থা খুদিং
যুম্লাক হোংবা
নোংজু থাগী ঈচেন্দা তাওথবকপা কাউশিং
তা দোৎ দোৎকীনি
লৈনম চেনদবা ব্রাহ্বেশিং
শাৎকায়বক্লিবা খুশেমগী চেবৈশিং
উবক্লে লৈবক খুদিং
মচু মচুনা তৈববে
মপাউ তাবদা মৌবে।। 

২১।১২।২০০৬

# মেমোরেন্দম

সবকাব ইবুংঙো
ইকাই খুম্নজববা মীয়ামগী মীহুৎ
মপু ইবুংঙো
অদোমদা শেঙনা
খুৎ লোন্নবদুনা হ্যযজবি,
মদুদি
থুগাইবীবো কৈশুমশঙ
শাগৎনবা মংফম লীশিং
মুথৎপিবো চৈবাপ কুচুমক
লিংখৎনবা নোংমৈ শাফম
কাপ্লবদা মকোক্তদা পান্নবা
মালেমদগী ফুকপসি মুৎথৎনবা।
পাহ্নবীবনু উকিলশিং লাইবিক
লাখ লাখ পীজবগা ওইখিবা
শিফায পুলিসকী লৈবাকশিদা
মপু ইবুংঙোসু
মিংশেলদা শকফমদো যেংবীকবনু
উজবে লোযশঙ লোযশঙশিংদা
থবক তৌবীবিবশিংদা।।

১১/১১/২০০৮

# নীংতম্বা

চৎচখিসনু কৈদৌগে
চীংলোন মাপল লান্না
মাবু ফংনবা হোৎনবদা
হৌখি মতম ইনখৎলকপা
নোমখি পাঙ্গল তেকপমখৈ
তুমখি লায়ববগী লনগৈ
খাংখি মিশেল কয়া
লাংতক্লখি মীকুপ কযা।
অচৌবা ময়েক্লা ইবকপা
ময়েকশিংদুগী মঙালদা
লেপখি থোংজিল কযাদা
থিনখি থোঙ হাংদোকপীবক্লবা
লেপচবা ফংজনবা খোঙফম অমা।
মূনা য়েংলকখি মতমগী মীশিংদুনা
ময়েক্কুদা অমুক, ঐঙোন্দা অমুক
অদুবু ইহ্লোবকখি থোঙ অদুদগীদি
লৈবা যোনবগী ব্লাফমনি
মথং মথং কৌশিনখি।
লৈনবা পীবা ঙমদবা
শেৎনবা থুংবা ঙমদবা
চানবা চাক পীদবা
কবম্বা ইহৈনো তমলকখিবা
মীমান্নবা ঙমদবা কয়া কযা
লাইবিক তম্নুই থবক ফংদবা

শিনফম পান্দবা।
যুম পাল্লুই, অঙাং যাওদবা
তুং গী মীবোন লৈহৌদবা।
মাবু ইকাই খুম্নবিঙে
ফাজিনখি পুক্নীং ব্রাখলসে
হকচাংসু লেংঙম শাঙমখিদে
ঐবু ব্রাবৌগনু
ব্রাই চিলহল্লিবা পোৎলুম,
নুমিদাং ব্রাইবমশিদা
মৈ নঙঙোন্দা কৎলি
অমম্বশে ঙাইহাক ঙাল্লবা
তাঙ্গোয় নঙসু পায়খ্রো
পি নত্তে ঈনি
ঈ চুপ্পশিংগী মচিঞ্জাকনি
হিংবগী লম্বী ফংলনি
হোন্দোকচগে নুংশা ব্রাই শংনা ।☯

১০/০৮/২০০৮

## ব্লাহং

নুবা তেমশিংনবী নহাকপু
কবিগী কনানা থেল্লুবি
ময়োল লমগী কৈথেলদা
কনাদবু যোল্লিবা
ললোনপোৎপু ওম্বোক্তুনা
লমদমসিদা পোকপনি
কৈদৌগে লমদমসিদা শিজসনু।।

২৬।১০।২০০৬

# মতমশিগী অনৌবশিংদা

খল্লুনু কবিমত্তা
ইমুংদা কবম্না হিংমীন্নবম্মী
কবম্না হিংমীন্নবক্লি।
চাগদবনি লুহোংবগী অয়ুক্তা
ঙক্রা ঙাশেপ মচি পানবা
হাপকদবনি চেগপ লোন্না
মাঙ্গোল কাবা তান্নগদবনি
মনেম্বোক্কী মখোঙ নেৎনবা
ফম থাবদা চাইগদবনি
চেং লৈ থমাইনবা।
মীগী নুংশিনজবম্বা ইমুং মনুং
চৎনজবম্বা চাউখৎপা মতৌ
মতৌ শুকতম তম্লুনু
নঙগী চৎনবী নঙগী হৈনবী
পুশিনগদবনি তপ্না তপ্না।
হৈহনগদবনি লৈবল্লিবা খুদিং
থবক য়াউকনু, শুকয়াউ য়াউকনু
কোল ফেংলুনু, ঈশিং হোল্লুনু
ফৌ পেক্লুনু ,ফৌ তক্লুনু
ঝাই শিংলুনু ,ঝাই তৈকনু।
করিগুম্বদা ঃ
নঙনা নোংমখক শুববা

ইশৌ লাঙগদবনি শাথিবা মওংদা
অদুগা ঙাংগদবনি ওনশিন্দুনা
ব্রাজবকপগী হনবীবনি
মান্নবীদবনি ফাউহনগদবনি ,
নঙগী মীনুংশিগী মীযেংখাদা হিঙজবনি
নমা শকপী মপা শকপাশিংদুদা
কন্না কন্না অয়াকপা খোঞ্জেলদা ঙাংগদবনি
অদুগা নকোক নোঞ্জবা যাবা অহলশিংদুগা
লৌতানদুনা থবক খুদিংমক পালি তৌগদবনি।
ওইজ ওইথক ফংনিংলবা
নমাযদু শউন তোপকদবনি
কোন তোপকদবনি,
ইকায়বা সুকখঙ খঙলুনু
ইনাক খুন্নিংলবা লুহোং নোংঙাম্বগা
তোঙান চাগদবনি
খাইদোকউ ,
খাযদোক্লৌ থুনা খাযদোক্লৌ
পুনলুনু, পুল্লুনু, অপুনবা তৌকনু
মযামগী ওইববা শুকযাউ যাউকনু
নবন্নাইগী ওইববা
চীং ফুক্কদবনি
চীং ফুকউ চীং ফুকউ,
নক্লবম্বশিং তপ্না তপ্না লাপথোকহল্লু
নঙগী ওইবশিংগা নকশিন্নৌ
তপা তপা 

২৪/১১/২০০১

# অহল ব্রাখল

মযুম থোঙ্গাল মযাদা
চাহিনা লুমথববা অহলদুনা
চেকশিন্না চংচৈ লম্বী মতাইদা
হৌমিন কামিন্নবকপশিং উজনিংনা।
ঈ খেঙগৎলকপা মোটোব সাইকল থৌবদুনা
তফিং তফিং থেংজীল্লি অহলদুদা
তুশিল্লি অহলদুদা।
হৌগৎপিবদি হাইবুনু
মোটোব থৌবশিংনা অহলদুদা চৈশিল্লকই
কবি কান্নানবা অহল: খোঙলৌ পুলৌনবা
কৈদৌবগী মপাল থোক্লকইনো ?
অহলদু কয়াদা ইকাইববা !
কযাদসু চোপলবা !
ইকাইমনদুনা চৈনাদু কাউই
নোকথোবকই ইকাইবা খাংদুনা
তঙক তঙক যেং
ময়ামদুসু নোক্লে
অহলদুদি শোনথাংননা শোনখি
নহানা মাইবা শাবিবা
মঙ থনলবা লৈবাকসিদা
লম্বী লমজাও, ইনাকখুনবগী
লম লেপশিন্নবা, যুম শানবা,
চেক লৈঙোই নুংচিংনফমনি
মোটোব কাব থৌবশিংগী লম্বীনি
লাইববনা উফুল চাহৌবি
ইনাখুনবগী মবলদা
শেমজিনবীদবা লম্বী লমজাউ
খোংবাল শাদুনা ঈশিং তুংহৌবি। ☯

*২৪/০৪/২০০৪*

# শিববু কোনবা

কৈথেল অনৌবদা
ফদিগোম মপুলগুম
মমল তিল্লদুনা
শৎ শৎ লোংথোকই।
সাইন্নকী মপাল তাঙদুনা
তকখাইবকই শেলনা পুন্সিশিং
সনা লোক্তগী তাকখি
নুংঙাইবদা তাউথবকপা কোঙ্গোলশিং।
মপা শাবগীদি লোইবে
পা মকম অমা পীবল্লগা
ঐনা পাম্বদি অমুক্তং
মখোয়বু নাউপুহল্লগা
পীববদি নাউয়েক নাউশং
নুপীশিংবু লুনা তৌগদবা
নুপীগী পুন্সি খংগদবা ?
ঈখেঙলক্তা হিপ্পুনা
চৈনা খাংলি কাউবোইদবা
শিববু কোন্দুনা শান্নহল্লিবা
নিংঙাইদবা থবাইশিং অদুনা।

২৫/০৬/২০০৮

# সেনাপটিগী লৈচিল

অরাং নোংপোক্কী হেজঙদা
কেবমখৈ কেববনিনা
নিংথিবা য়াবসু নিংথিবে
ফজবা য়াবসু ফজবে
চহি হৌবা নুমিৎশিদা
নীংথিবী গুহাটি নওসে
তম্থা চানা থেক্লীবী
মোমোন নোকপী চিম্বাল
বিহুগী জগোই শাবিবী
শকহেনবী নুজাগী মাইথোংদা নম্বা
লাইবক্কী অঙাংবা বিন্দিগুম।
ঐসু ঙাউদুনা ওক্লকই
বোকাজান বানিগী তুংইল্লকপদা
বঙ্গাগবদা লমদল্লুই
মীৎ থকঙোই ফজবী
নওবু উববসু গুহাটি
লুরাউবী বোকাজানবানিবুদি কাউঙমদে
মতুং ইন্দুনা তন্না হল্লে।
ফনা নিংথিববসু গুহাটি
খুদক্তা ওল্লকখি লাইবক্কী বিন্দিনা
অশংবা ফত্ত- হৌদি হুঞ্জেকফমগী
শেগাইবা যোৎলক্তগী
চাইথোবকপা মীওইবগী ঈ
থরাই য়াউদ্রবা হকচাং
চৈনা পীবিবা তাইবঙশিং।

লুৱাউবী নঙবু তান্নবদা
থাবুম চুপ্পা লেনখি
লম্বী লমজাউদা পুন্সি
এৎ এৎ চিঙশিল্লবা
কোহিমাগী নোংয়াই চবুক,
থৱানশিংনা তগুপ তগুপ,
শংবান্নববা অতিয়াগী মখুৎনা
খিকথবকখি লিক্লা শাউনিংখি
য়ুমগী অকম্বা ফৈজুপ
নোংঙাল্লমদাই নুংশিৎ অইংবা।
মবাম লাইবৌচীংগী চীংদোলশিংনা
ওনখি লৈচিলগী তোঁবান
চীঙ্খে হুল্ল' তুংদা
অয়ুক্কী চীংদোন্দা নুমিৎনা
মীৎচিনা য়েংলকপা ফল্লপ ফল্লপ
ৱিলোংনা কযাদা শুমহৎলিবা
নিংথিদকো নঙশে মীতৈ লৈবাক।
নঙগী ফজবা পুম্বা
কুপশিনখি সেনাপটিদা
অফকপা অৱাউবা লৈচিলনা
সিননি ঙবাং সিননিদনা
কোহিমাদা অহিং লেকখিবা ।☯

*০৩/০১/২০০৯*

## লাহোরিজানগী লৈঙোই

লাহোরিজান নঙগী নখুৎ অমনা
পীক্লিবা অঙাংশিংগী
কলম পাযজগদবা খুৎতা
চুনি শেন্নজগদবা
ইনখৎলকপী লৈশাশিংগী খুত্তা
নাউশুম হাযগদবা
যাঙ্গৎলবা মমা মপাশিংগী খুত্তা
থাংজৌ পীদুনা
থোঙ্গৎলি মখোযগী কোকথক্তা
অকুম্বা শীঙবুল মপুন মপুন।
খোঙউপ যউদ্রবা অথিবা মখোঙদুনা
নঙগী লৈঙোয মথক্তা চৎলি
ঙেক ঙেক শংদুনা
শদৌ থুংনা থুংনা।
নঙগী নখুৎ অমনা পিবি
থোৎ থোৎ লাউববী
জীপশি কাব খোঙনেৎনবা
লৈবাক্কী মপুশিং অমদি লৈঙাকপশিংদা
তঙাংবী লিক্লি মপৈ মপৈ
ঙেক ঙেক শংদুনা
মখোয়গী গাড়ী মনীংদা
লৈঙোই মথক্তা লৈহৌবা
মখোয় অনিমক্কী খুনামশিং
হিংবা শিবা অনিমক্কী
পোলোইদা ইমান মান্নবি ।© ২৮/০১/২০০৯

# কৈ কান্নবা

শেম্বীবনু জেএসি কৈ' কান্নবা
থৎপীবনু লম্বী মীচম ব্রানবা
শেল পীবগা মী হাৎপা
শেল লৌবগা হেক্তা য়ান্নথোকপা
থব্রাযগী মমল লেপ্পা মফমনি
খংলে পুন্সিবু ললোনবা কাংবুনি।
মীহাৎপা চিংথবা ঙমদবা
হোম পায়বা হৈনৌ মখোঙদা
ফম থাদোকউ লেপ্পা ঙমদবা
কোযেৎ য়েৎতবা কুন্দো পবেং কয়ানা
ইমা ওইবকপনো নখোযবু
ইমা, ইমা, ইমা ঙাক্তা
নচাদি অসুম অসুম লৈশিল্লক্রে।
হিংলিঙৈদা পোকপগী থৌদাং পাংহন্দবা
শিবগা কবিগী ইকায খুম্নগদৌবিবা
পোলোযনবগী হাযজদুনা অযাবা লৌবা
আইনগী খুৎনা মৈ চুবা
লংলা লংজিন তাঙ্গোই তাহন্বা।
ফম পীবগা হাৎপা য়াবা
থবক পীবক্লবা ইবাং হৌবা
শিবিবশি মীনি,
পোক্লকপদা মপুম পোকলকশি
পীথোকপদসু চাদা দাবী
কৈ কান্নবা। © ২৩/০২/২০০৯

## কৌব্রুগী লুৱাউবী কাঞ্চল

লৈমবেম্বী বোকাজান
লাউ লাউদুনা চিংশিল্লগা
কামথোবকপা নুংশা শোবনা
শংলে লুৱাউবী নঙগী নচুনা
অকোয়বগী উপাল ৱাপাল,
নাপী শিংবী, উনা ৱানা
তাইবঙ পানবশিং পুম্বা।
ফুৱাউনবি অতৈনা
নঙগী নতিক নঙান্দা
নঙগা লোয়ননা লৈমীন্নবদা
কংশিল্লক্লি তপ্ন তপ্ন
নুংশা ফুন্দুনা
লেপলি শিকম নাকমনা।
ননাক্তা লৈবগা শিববসু শিবা
শুফম লৈতবগী শিববসু শিবা
অনিমক ইমান মান্নে
মীশিংদি কবিসু খলহৌদে,
কনাগী হকশেল
কনাগী অকোয়বগী ফিভম!
অহোইনদুম নঙগী নোকফেৎ কাঁদোম
চৎলমদাইদা কুরবাৎঠু
হন্নিংই লাক্লবসু।
ৱাউজববসু ফুগাইনা শাৎলিবী

নিংথিবী কাঞ্চল অঙাংবী
নঙগী লাইবক্কী শিন্দুববু
হেক হেক কাউথোক্কুই
ঐগী হুন্দুং নিঙশিংলগা,
ফাইবেল লোৎপীথ্রবী নঙঙোন্দা
অশংবা যেন্নীং উঙমদা
ঐগী কৌব্রু পাংবদা
মীগী ইখ্নোলদা শাৎহৌবী
অঙাংবা কাঞ্চল !
ব্রাউজববসু নিংথীবি
নঙবু মীতানা য়েংজবি।।☯
৩১/০১/২০০৯

# শেমগৎকনু লৈকংলা

কোকথোকপীনু উমং
য়াম্বুৎপীনু উপাল
উপালশিংদু মফু হুনখিবনি
লমশাং চৎপা মখোয়না পোথাজনবা উরুমদা
মাংগী লম্বীনা তেনশিল্লক্লবদা।
অনৌবা মকশিং হৌহল্লু
উপালদুগী উকমদা
খাজিনবীগ্নু শম্বল মখোয়গী মখোঙদা
কৈদৌনরুনি থবক, এক্স-গ্রেশিয়া, কম্পেনসেসন
ঙমগদরা মেনখৎপা অৱাৎপা মখোয়না
কোকথোকপীবগা মক পাকতরুনা
লৈকংলাগী অয়াকপা মৈশাদা
চোংঙরুদ্রা তগৎপা ময়োল ?

০৬/০৮/২০০৯

# কাঙখিদ্রবা পো

ঐবু পোকপীয়ু,
ৱাবেদা ইমা নঙগী শিযোমুংদা
কপচবা ঙমখিদে হংঙা
কৌজবা ফংখিদে ইমা
শেম্বীবগা ঐবু
হাপচিনবীখি চফু মনুংদা
নঙগী খোল্লাং চুপ্তুনা
নঙগী নুংশি মীযেংদা
হিপচনিংবা ঐনা নথাদা
হাপ্লীখি নঙগী কাযদা
য়েংঙমখিদে থম্বাল লৈখোক্কী ফজবা
ইখুৎ কোনশিন্দুনা
খাংখি ইমাই লোৎশিন্দুনা।
ইমাগী নাউশুম তাদ্রিঙৈ
পম্ভৌগী নাঙ্গল ফবদা
চবৈ নাউহোং থোংদ্রিঙৈ
পম্ভৌগী শুমাং মথৌবুংদা
ঈক শন্দেংলদুনা
থবীনা কাবা নংদ্রিঙৈ
নুমিৎনা ৱাংবা য়ৌদ্রিঙৈ
ইপা মচুমসু চোত্তা
ইপু মচুমসু তাদা
হায়য়ু ইমা হায়য়ু
ঐগী ইবাল কবিনো
পোক্ত্রিঙৈদা হাৎলিবা ঐবু
ঐহাক কনাগী য়েক্লবনো
লৈবাক্কী কবি মাঙজবনো ?
পুম্পিগী মমল লৈতবা

হাৎনিংবা মতমদা হাৎপা,
থব্রাই য়াউদনা তাবিবা
ইমা নঙগী লৈমায়দা
ঐসু খোঙদানিংখি
শেম্বীবগী তৌবিমল উৎনিংখি।
পো কাঙলিবা মকোক্কুদগী
থোবকখি লৈয়েংদা শৎ
মীযামগী শেংলবা লাইশংদা
হাৎপা নত্তনা অতে পাম্বে লৈত্রে
যানখি ৬০গী নৈনপুং খন্নপুংদা
হিংবা অমসুং শিবা
শান্নবিবা অথিবা খুৎ
খুৎশিংদুনা কাংবিখিদে পো
পোকখিদবা ঐবু মমহনখি
কৈথেল অমদি তাইবঙ কৈথেল মবক্তা
নাউপুবীবী ইমাগী ঈখেংলক্তা
ব্রাকৎচবা ঙমখিদে পোক্তবনা
মান্নখি ইমান্দা মান্নখি
হিংবসু শিবসু
পোকপসু পোক্তবসু
পোদুনা কাংলকপা ঙাইবি
শিবা অমসুং চংবা
পালি ঙাইবিবা মফমদা
খুশেমগী লাইবক ঙাইবিবা
পুম্নমক্লা হংলিবা মফমদা
তাবীনবা লৈতবা লৈবাক্তা
হাৎপা নত্তনা
অতে পাম্বে লৈববা।। ২০/০৮/২০০৯

# তুংগী লাইবক

শামু মখোঙ
শিংজমৈ কৈথেল
খোংনাং অনি কাবক
কোনুং মমাং, চীংঙা মখোঙ, হৈবাঙ্গোইথোং
কৈথেল কৈথেলশীংদা
শুকচিল্লকই খুনেকমীগী উমং
মংবা হেনগৎলকই নোংমা নোংমগী ।
তপথবকপা গাডী খোংজেন্দা
উমংশিংদুনা হুপচিল্লি
অকম্বা নোংলৈনা হুম্বগুম
ফংহৌনবদি নোংমগী খুৎশুমন
নিংথিবা মৈখু উতোং অমত্তা
ডদ্রবা লমদম আসদা ।
পাম্বোম যোন্দুনা হিংলিবা
মখোয়গী পাম্বোমশিং অদুনা
পীকশিল্লকই নোংম নোংমগী
কংশিল্লকই ময়াং তপ্ন তপ্না
শেঞ্জাউ পাইবশিংনা শুকনোম নোমদনা
নোয়খৎলকই শেঙ্গাউ নুংতিগী।
শেঞ্জাউ পায়বনা শেমখিবা
মীয়ামগী মীহুৎ লৈঙাক্লোয়শিং
হৌখবে শিনখবে মথং মথং
শুফম নোমফম লৈত্রবা মীয়াম্না
হিংনবগীদমক কুমথবক্লি মোৎলবা কোমদা

মীনা মীগুম্না হিংঙমদ্রবা লমদা।
নৈঙাক পথাপশিবু হোংদোক্লিঙৈ
ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা
শজিকলোয় ওইবফাউ ফংলবোয়
ঐগী শোয়দনবা হোৎনরিবা
নথন্নতা হিংবসু ওইথোক্লোই
থোবক্লো থিশি তুংগী লাইবক॥

০৮/০৮/২০০৯

# মণিপুর

সনা লৈবাক্নি মণিপুব
মালেমদা অনি শুদবী
চুমখবেদ চুমখবে !
তাঙবদগী তাঙলবী
ইতোপ তোপ্পী মণিপুব।
নঙগী লৈঙাক তোঙাল্লি
নঙগী লোনচং তোঙাল্লি
অঙম অথৌ তোঙাল্লি
মন্ত্রি, এম এল এ তোঙাল্লি
লৈবাক মচাশিং তোঙাল্লি।।☯

২৫/০২/২০১০

# নঙগী মিতমদা

ফম্লবা নঙগী চান্নরুং
মোমোন নোকপা মাযথোং
খুদোম্বী থাঙ্গৎতুনা শিংনবম্বা
তোল্ল তাববগী লেপ্লম্বা
লৌমী শিম্মীগী লাউবম্বাঃ
লাঙ্গোল যানবনা
লৌগী মপু ওইগদবনি
হঙ্গেল পৌবা পাযবনা
পাৎকী মপু ওইগদবনি
শম পুনশিল্লু দেবী লাউবম্বা
ইমাগী পুজা তৌবম্বা
নঙগী মান্নবা খুন্নাই কদাইদনো?
হাযবিনবা ফাউবা লৈশিল্লক্রে।
অমনা হৌখিবগা চবোং যানবা
লৈবাক নীংবশিংগী লৈবাক্তা
ঙসিদি নঙগী নঙ ঙাক্তো
লৈবক কোনশাং থুংলক্রে
মচি মচিদা খিল্লি নঙগী মিতম
মুন্নবি নঙবু লুপ খুদিংনা
ফোয়দংলি, চিংনবি শাগন
উবেদনা নঙবু মাংথোকপীবে।
মশাগী খোপচিল্লিবা মহাক্রা
নঙগী বা ঙাংবা
তাজনিংদ্রে নাকোংশিনা
নঙনা মোমোন নোক্লিবা
হাযযু মখোয়গী মতৌদবা ? ☯ ২৩/০৯/০৮

# অথৌবশিংগী নুমিত্তা

খোংজোম নুমিৎ, অথৌবগী নুমিৎ
নিংশিংলুবদা শেংলবা নুমিৎশিং
নখোযনা লিবি মীবোলশিংদা
নিংশিংহল্লি পুব্রাবি নুংশিবা
পীবি পাউতাক অতাঙবা :
শান্তি ফংনবা
লেঙ্গোন্নদুনা লেপমিন্নৌ ইচিল ইনাউশিং
অচেংবা তঞ্জা লাল্লুম্বা
চীংবুবোই তম্বুবোই মবক্তা
খাবৈ খবা শাবকপা
খংঙু, থিংঙু, নুংশিনৌ পুল্লু।
ইম্মোকখো লাপ্পা খেন্নবা পুম্বা
তোবা তুনা চখাইদুনা
তাম্মোকখো লিংজেল মান্নদবা,
মাংহল্লু খাইবুং খাইবুংনবা
তাশিল্লু পুন্না থেংনমিননবা
লেপমীননবা লৌহৌবো ব্রাবেপ
শিৎচিল্লু চাইবিবশিং ঙসিমক
তাসিল্লু লৈপুং লেপমীননবা॥ ☯

২৭/০৮/২০০৯

# লশ্নী

মকুপ ঙসিসু হোংদ্রিনে
মতমদুদগী খল্লকখিবা
মীবু শুহন নোমহন্দুনা
মবল মথুম পৈশিল্লীবা
ইনাক খুনবশিংশে পাপীনি।
চেক্কোনগী লৈবাক মবক্তা
মমাইদা চন্দোল
পাক্তক,পাক্তক, তৈদুনা
ক্বাক্কী মমৈদা নেৎতুনা লাকখিবা
য়াচং কাংহৌ মতমদা
চৈবোংগুম কল্লবা নিঙোল খুৎশিংনা
চেংজেল ময়োম পুদুনা হনখিবা
হুমাংদা লুজববী হকচাংদগী
লেংথৈনবদা নমহৌবা হুমাং মনম
থনুং য়ৌনা চিংশিনখিবা,
মকে শেল্লিবি শকহেনবীগী
পফুমগী মনমদা হন্দোখিবা
মতমদুগী নঙগী মকপ্লি
নঙগী খোঙজিন্দা লেপ্লিবসে
অনৌবা পাউ পুবক্লে
"মালেমগী মীওইশিং থাক্লিবা
শুবি নোম্লিবশিং পুনশিল্লু ।"
লৌমীগী পাকখন্দা, শিন্মীগী খাংপোক্তা
চানবা চাক, শেৎনবা ফি,

ইচা মহৈ তমহনবগী
নাবক্লগা লায়েংবগী
ঐখোয়গীদি অমত্তা য়াউবমদ্রে।
লায়ববগী মবম কবিনো
লাযববগী মচৎ কবিনো
মদু খঙদোক্লবা থিকশি
অওনবা অমা পুবক্লবা
পোকপা শিবগী খোঙচৎতা
ঙক হাযগৎচবা ঙমদবা
চবা অনি নোংখন্নবা ঙমদবা
শুফম থিদুনা লোইবা ঙাইবা
শুগনি নোমগনি তেকপমখৈ
থক্তোকনি,চাথোক্কনি ফংলকপদগী হেন্না।
পম্বুংফম খঙদ্রবা পুন্সি
ইচাগী নূপীগী, ইমুংগী কদাই
লাইবক্তা তাইনদুনা কান্নবোই লাযববা।
মালেমগী মীওইশিং থাক্লিবা
শুবি নোঙ্গীবশিং পুনশিল্লু
লিবি হুমলক্লে মালংবা
থোঙনাওসি অমুক্তা হাংদোকসি
মপানগী নুংশিৎনা যৈনবা
থরাই হকচাং তেকখৎলক্কনি
উজবদা শিল্লং শিম্থা, শেম্থোক লম্বী
অকবা অফবা ফি
তক তনানবা যুমলৈ কৈবৈ
অহাউবা চিঙ্গাক মচি কাবা

ইচাগী লেম্না মহৈ তম্ফম
ঐখেয়না নাবক্লগা লেম্না লায়েংফম
নুংশুক নুংজানবা লৈতবা
মকা লাম্বা ব্রাখল,
পোক্লফম লমদমগী য়াইফবা
মালেম ইমাগী য়াইফবা
মীওইবা খুনাইগী য়াইফবা
পুনশিল্লগা চৎমিন্নশি লম্বীশিদা।
মালেমগী মীওই থাক্লিবা
শুবি নোম্নীব্যাশিং পুনশিল্লু
লাযবববু লাইনবা
লায়বববু তেকচাক্লা ?
হিংবগী হক লৈগদবনি
হকশি ফংনবা
অনৌবা পাওনি।।☯

২৯/০৮/০৮

# খোঙউপ

তাইবঙবু নাউপুবীবিবী
পীজ পীথক্লুনা চাউহল্লক্লিবী
নঙবু হায়বীবি অপংবীনি ।
মীওইবনা শাবা য়ুমদা হাপ্পী অমমলোক অমমম,
অমমলোকশিদা নঙবু মৈ থাবি ড্রুং ড্রুং
যোকপীবকপী ইমা
ফত্ত হাউদি শেংলি
চাক থোংলি, কোন ফেংলি ।
তাইবংবু য়োক্লিবা লৌমী শিন্মী
নঙ যাউদনা হিংঙমদ্রবা মালেম
নঙবুদি কনানা খঙবিবি
নঙগী যাইফনবা নখোযগীদমক
অঙম্বাশিংনা কবি তৌবিবী ?
খোঙউপ মীওইবগী খোঙদা তোংলিবা
চাওবদগী চাওববা
নঙ যাউদনা কনাদি লাক্লিবগে
নঙোন্দা কনানদি নুংশিনা চুপ্পীবি ?
খোঙউপ, নূপী,লৌমী শিন্মী
নখোযগী লাইবকসে অমত্তনি,
খঙউ সিমত্তংদি খঙউ
হে কোনশেং অথৌবশা
নঙগুম্বা অথৌবগী নংতে
নংতে পদ্মা, বল্লা।।

১৬/০২/২০১০

# মৈহুম

লাউহে ! লাউহে ! লৈবাকমচাশা
চা পীথক্কনি'য়ে চা
মপাল কাংজৈবুংদা
লাই শাবাশিং মখৈনা
মোইথেম তাৎ থাদোক্তুনা
চেগী উগী কোনমায়গী
মিতম মখৈ পুখৎতুনা
মৈচম ওইবা য়াউ
শীঙ ওইবা য়াউ
চা লোল্লগা পীথক্কনি'যে ।
লাইনিং লিচৎকী খেন্নবা
কাংলুপকী অখুবা মীৎযেং হুন্দোক্লগা
অচৌ মচা খায়দবা
মীচম্না মকা লাম্না
অচুম্বনা মশক থোক্লা
হিংমিন্নবা, নুংশি চান্নবা,
অদুগুম্বা লৈবাক ওম্থোক্লনি 'যে
চা লোল্লগা পীথক্কনি'য়ে
থকমিন্নহৌকশি লাউহে ।
ঐ ! ঐগী ! ঐতগী ! থাদোক্লগা
ঐখোয ! ঐখোযগী ! ময়ামগী ওম্থোক্লনি'যে
মীয়ামগী হান্না ঐখোযগী হান্না
ঐগীনা কোন্না, ময়ামগী লোযবগা
মীনা মী ওইনবা ,
লাউহে ! লাউহে ! লৈবাকমচাশা
চা লোল্লগা পীথক্কনি'য়ে
থকমীন্নহৌকশি লাউহে ।

১৩। ১২। ২০০৯

# হৈক্রেং

নুংশিদা নঙ সে, হে উপাল
হৌবম্মী হায যুমথোং য়েনা
লেপত্রবদা অদুঙৈগী লৈবোন চনবা
পোলোযবদা শীঙখন হৌবক্লবা মীবোনদা
নঙনা ঙাইখি শেংলবা মতম ।
ঙসিদি মৈবিদুনা ব্রাইবদা হে হকচাং
য়ৌশিল্লক্লে ননাক্তা
সেকমাই, অন্দ্রো,খৌপুম, ফয়েং
চহি লৈশিল্লক্লবা অহল হনুশিংনা
শেল তুংশিন্নবক্লে মংশাবগী
অবোইবা খোঙচৎতি ফজনা চৎনিংঙী।
নঙনা য়ি যি শৌদুনা থৌগল্লঙৈ,
মীথিনচৈগী মথৌ হম্ভবম্মী
তক তনাল তশেং তশেং
ইকাই খুম্নদুনা খোংশালহল্লম্মী
যোৎপাক থাংজৌ চংলমদে।
অনৌবা লাইমিংনি প্লষ্টিক মযোম,
অবোইবা খোঙচৎকী মৈচাক মবক্তা,
শিন্থবিবা পিনি নিংশিংলগা হৌখিবা
ঙাংলিবনি চিন্দা ফংলবোইদবা পুন্সি,
থবাক চেখাইবমখৈ লংশিল্লি
মংথোঙ থিংবদা লেমহৌনবা।।☯

১৮/০১/২০১০

# য়ুমগী খোম্থাং

ঐগী চীংজাউ নুংশিবী
মুনা শংনা লেপ্লম্বী
অচুম্বগী মশক ওনখবে
চীংজাউগুম লেপ্লীযু হাযখিদবে,
তাংখবে মীৎ পুন্নমকসু
অকোযবগী ফিভম শেন্নবসু
কোকথোকপীবে নক ইকোক কোক্লা
তেমখাইবীবে অমুক মথং মথং।
নোক্লীববা ?
নুংঙাইবগা নোকপদি মান্দে
শাউববুদি নোকপনা অদুক ফৈ
অদুনবা. .?
লৈবাক মচা তাদ্রবা তাইবঙ
তাইবঙ মী থেংনৌ নঙ
ঈকং অমুক ঈচাউ অমুক
কংশিল্লক্লবা ঈশিং খোং
লৈকং ওল্লবা পাৎশিং
পুক অমুক পায
খৌ অমুক কং
নঙনা ফংজবা তাবনি।
কুমগী খোংচৎসু হোংখবে
নীংথমগী নুমিৎসু তেনশিল্লক্লে
যাঙ্গংলবা কুম লাযনানা নাবিবা
নীংথমগী হঙ্গামদা নোয পেল্লবোই অমুক
হৌনদুনা লোৎখবে মতাবোই য়োংচাক

নুংশিবা পাখোলগী মনম
চাকশং যৌবকখিদবে কুইবে মতম
নোংখোং ফুইবা নোংয়েসু লাক্লবোই
মতাবোই উপালশিং লৈত্রবদা,
উচেক ব্রাযা, শজি শঙাই
মুৎখ্রগনি লোইনা লৈত্রবদা
কাযদোংফম মযুম্না মাঙখ্রবদা.
নঙসু লৈববোই নাযতোম্না
লৈকংলা ওলহৌবনি মালেম।
হিংনিংলবদি নঙ
থাউ কল্লু, শংহল্লু
অশংবা মালেম ওহোকহল্লু
পুম্নৌ নৌহল্লু তমপাক
পুমশং শংহল্লু চীংযা
ওমচাক্লবা ফখিনি কালেন
লাক্কনি কুমগী নোং
চেস্থবক্কনি ঈশিং খোং
শাংদোবক্কনি নীংথম থা
ব্রাকচিংগী উনখাকসু তাবকখিনি
হঙ্গাম মপাল হৈনৌমপাল শাৎনথা,
তেকখৎলক্কনি ফাইবেল থা
অশিৎ অব্রান্থা হল্লক্কনি
য়েন্নীং চোংলনি তন্না
লমতা থা পুবক্কনি
নঙসু থম্মোই নৌবনি
মালেম অমুক লৈখিনি।। ☯ ১১/১২/২০০৭

## তৌঙন্বী শকহেনবী

শকহেনবী নঙগা শকখঙনখিবা মীকুপ্তা
ঐনা কপখি, হিক্রা কপখি,
কবিগী নঙগা থেংনহল্লিবা মপোকশিদা
চৎখিবসু লৈত, নঙগী লৈবক্তা।
ওক্লখি তৌঙন্বী শকহেনবী নঙগা
তাথিবসু তৌখিদে, নুংশিবসু লৈখিদে
লাংবন খোইহি তৈববী চিনবালনা
চুপ্পীখি নঙনা নুংশিনা থজিন্দা
খুদক্তা লুপখি খোইহি মবক্তা।
অবাম খৌবাংবনা পিক থনখি
শামখি পাঙ্গল, চোকথখি শুমখি
খুল্লিববা লমন ঐঙোন্দা পেন্না
পাবী পুবী হাক্তক নিংশিংলগা।
নীংথিদা লৈবাং লশিং লৈ
শিনৌ লশিং তথোৎলৈ
ওনখি মচু ব্রাউবা হনুবৈ
জু জু লাউবী পেক্রকলৈ।
থাদোকপীখিদে নুংশি হৈতবী নঙনা
যোৎহ্লিং ফলাং চন্দুনা থন্বীখি
নঙবু খজিক্তং মীবাইকবা মীকুপ
কৌশিল্লকখি হিংচাবী চবুন চবুন,
শামিন্নহনখি জগোই মখোযগা লোযননা ।
তান কায়ববা নুংশিৎনি অকনবা
হুমলকখি তাইবঙ ঈপাক মথক্তা
শদৌ থুংলবা শোঞ্জনবদা উপাল
খুইথবকখি তপ্না, অমুক্রা থুনা
লৈমন চনশিল্লক্লি নুংতিগী ইঙেল্লে।।

১৫/১১/০৯

# বোনশাই

ঐগীদা কোয়বকপা কযানা
চৈ ইশাদা, ইমুংদা
ঐবু মীওৎপনি হায়দুনা,
হুংলৈ কল্লক পেন্না
ইচাশা নুংশি হৈতবা নপাদি
পাম্বীশিং খৌগংদুনা খাংহল্লি
চাং তমদুনা ওইহল্লি কোলি
কযাদা ব্রানা খাংহল্লিবা।
নমথাক হৈখ্রেদা নখোযসে
ঐনদি যোকচবি মীনুংশিগা লোযননা
ইচাগুম্না চেকশিন্না
ঈশিং ব্রাৎপবা কংখিগদবা
কবম্বা মশা ককসিগে
শ্বাইদা অমতং চোংখৎলক্লবদি।
থব্রাই ব্রানা শেন্নজৈ
লংফৈদা লৈবে লৈফম খঙদা
যুমদা লৈবে কবিদা শোইখিনি।
ঐনা নুংশিজৈ মখোযবু
মুৎখ্রগদবা মখোযগী খোঙ্গুল
লৈহৌদ্রবদা মালেমদা খুনাম!
মীনুংশি ফোংদোক্লিবা মখোযদা
নোল্লুক্লা হাযজৈ ঐনা
নুংশিবীববদি উপালশিংসে মুৎশিল্লক্লবা
কননবা থাজগে অমমমতা
অদোমগী হিঙ্গোল মচিদা
থাবগা হৌবগদবা ঙাক্তনি
কনামত্তা যাবমদে,
কনামত্তনা যানিংদে।। ☯ ৩১।১২।২০০৭

# মঙগী ঈঙ্গিৎ

নঙনি ঐগী য়েক্লবা
খ্বাইদগী চাউবা য়েক্লবা
খব- খবদগী নঙনা
অসুম অসুম কোনসিল্লক্লি
ঙসিদি ইম্ছোকপা ঙমদবে
খৌবি চবমশে মেৎখবে।
লাযেংবীবা ঙমদনা শিত্রবা ইপা
ঙবাং মঙদা উবম্মী
মাসু নোংমা মঙখি, মঙলান অমা।
ঐসু মঙখি, ঙসিসু মাগুম মঙলি।
ইচা শেম্মীংবগী
মহৈ মশিন তমহনবগী,
মচি কাবা পোৎ পীজনিংবগী
অফবা মী ওইহন্নিংবগী
মথৌ পীদুনা ইচাশিং
অচুম্বা শেম্ছোক লম্বীদা
খুযা তুশিংনা হিংনবগী মঙ।
থংনবদা লৈবিবা
লমচৎ যাওদ্রবা, ওইদ পাদবা হৈবশিং
ব্রাংখৎলকখি মখোযগী য়ুমনা
নোংদোল খেৎনা
মালেমগী অফা নুংঙাই খুদিং
মখোযগী খোঙদা তুববি
ইপানা মকম্থি ফুক্লোক্লুনা
খাখি শম্বল অচেৎপা
মখোযগী নুংশিৎ শিংলক্লনবা,

মখোয়গী মঙাল চংলক্তনবা,
শকফম কায়ববা মহাক্না লাউখি
শিংনবগী খোঞ্জেলদা
খানা যেংলমখি অহাংবদা
লাইবিক তমহনবা ঙমদ্রবা
ঙাউচৎনববা ইনাউশিং উবগা
ঈ কাববা মমিক্তগী শিঙ্খুবকখি পী।
ঐনা উবকখি
লায়ববগী হিঙ্গোল মতোন্দা
অনা লোয়ববা মশক
লাযেংবীনবা শেলদি লৈজদ
লায়েংবীবা ঙমখিদ্রবা অনাবা ইপা
খজিক্তং লেংঙুবদা শদৌ থুংবা
চনিং চমাং শয়দবা
লৈতাদবা নুংশা শোব
কযাদা ৱানা খাংখিবা'
নূং থুগাইবিবা ঈচলশিং
লৈঙোই পেক্লিবা ইমাশিং
মহৈ তমহনবা ঙমদবা
শেম্পোক লৈতবা কযা,
লাযেংশেল লৈজদবা
অনাবা পবেং পবেং
মখোযগুন্বা কযা কযা।
অদুদগী ওল্লকখি তমথীবা মশক
অদুগা পাযখি সেক্রেটবিযেট
বাপুপাবা, এসেমব্লি
লৌক সভা দেল্লি।।●

০৩/০৩/২০০৯

# উৎতুগীদমক্তা

মফম চাদনা খিনবা
খকং অমসুং মার্বলগী মবক্তা
পুন্সিসু পবেং লেংশিনখি
থা কাবগী লমজেল মবক্তা
ওম্থুখি পুন্সিনা লোকখা তম্না,
পুন্সিনা অমুক য়ান,
নুংজাওদা অমুক পন,
চৈনাদা হৈনকবা পুক্লীংনা
থেংনগদবগী লম্বী থিবি
নুংবংনববা ব্রাখল পুদুনা।
মীচীক মীবাউখোল তাদ্রবা
অথেংবা অহিং মমৈদা,
খুযাদা ফমদুনা নোংদম্বু তেমশিংনবীবী
লোযনবীগী মীৎতগী শিন্থবকপা পিনা
তপ! তপ! তাবকপা
অমম্বা অহিংদা পুনশিনখি পুন্সিনা
শিংলিদা ঈ মবিক অমত্তা পকত্রবগুম
হিকথখি পাঙ্গল লোইখি থৌনা।
অবৈবা অমসুং লৈতবা
অচুম্বা অমসুং অবানবা,
মুক্লবিবশিগী মবক্তা
লেমজবা অমদি থৌনা
পীক্লিবা মৈবা অনি
যেৎকা ওইগা

হৌজিক্তা চাকপা হৌবক্লিবা
মঙালনা তাইবং ঙালহন্নিংবা
থাউ লোয়শিল্লক্লবা থাউমৈগুম
কুফেৎ কাফেৎ চায়বি তন্দনগুম।
লৈঙাকলোযশিংনা নাচুংদ্রবদা
লৈবাকসিদি কমদৌহৌবা
থোঙ্গৎলি লংজবা চান্মা চান্মা
মকোক্তা পোৎলুম্লি খঙদনা।
তুংগী মীবেলশিংদা
লাল্লি হঞ্জিন হঞ্জিননা
পুন্নমক উৎ ওন্নবা
উৎ ওল্লবা মালেম অমগী
পাংশিল্লি, খোপচিল্লি ঙসি,
মখোয মখোযগী কোকথক্তা
থোঙ্গৎলি হাপু লৈপোন লৈপোন,
পুবগা শন্দোক্লু নবা লাযনা,
মীবোল মীবোল কযাদা
যাংশিল্লি শীঙ উৎতুগীদমক্তা ।

২০/১১/২০০৮

# পোক্লফম

পোক্লফমগী ফজবা
খোযবী নাউফম তাফমগী শুমহৎপা
নহাক্কী তমজনিংঙাই চাউথোকচনিংঙাই মশকশিং
থাগৎচকবনি চৎচকবা খুদিংদা
নপাউ তমদুনা মীতোপ্তা,
নঙগী নশাইগোন্দা লৈতে
ঐচ আই ভি চংবশিং,
নেশা চাবা, ঙাউশিন্নবা
হেবোইন ফোব কাপ্পা,
খুন্নাইবু মশক থীহনবশিং,
লাইবিক লাইশু হৈববা
অখং অহে কযানা খুন্দাবা
মশক থোকপা লৈবাক শেম্বা মীওইশিংনা
হুপ্পা যুমলিংবা লমদমনিদে।
তপ্না তপ্না ঙসিদি
ঐগী চাউথোকচবা মাঙলক্লি
নত্ত নত্তবা কয়া
ইমিৎসিনা উবক্লি।
লুংনিলা ইলিজবেঠ হাৎপনি চীংনবা
নমজা নমথেক্লদুনা মীঙোন্দগী শেল খাযবা
অমোৎপা হঙ্গোযবনা থল্লবা
খোযবী নাউফম তাফম হাযবদু ওইবল্লে।
লাইবিক লাইশু হৈববনি হায়জবা
তুংগী য়ুম্বীবেল কয়াসু

তিঞ্জং কায়জংবা ঙাক্তা ঙায়বল্লে
লাকপা ফোযবা,
নমজা নমথেক্লবদা হৈনবা
মপাম্ভোংদা মী ওইবা
মনুংদা ফৌহাম ওইবল্লে
অমুক হন্না মযোল চোংলবোইদবা
হাপু হনাইনা থল্লল্লে।
অবাইবা শেলদা ঙাউবা
মদুগীদমক পুন্নমক তৌবা ঙম্বা
খন্থনবা কোক য়াউদ্রবা
শা ওল্লবা মীওইবা ওক্তা
মখোযগী মশক
হেন্না- হেন্না মযেক শেংলক্লে।
ইমাশিং মচাবু অচু ম্বা লম্বীদা পুবীগদবী
মখোয ঙম্না ওইবল্লে শকশেম্বী
অশেংবা ইমা যাউবমদবে
মচাবু অচুম্বা লম্বীদা পুবা ঙমদবী
অশেংবা মঙাল ফংহম্বা ঙমদবী
মচা চাবা ঙল্লবী
ইমাগী মাযথোঙ উপ্লীবী
মমা হিংচবী ঙাক্তা ঙাযবল্লে।
লৈকায, লুপ, ক্লব পুম্বা
মতম মতমগী শক হোংবা
ওইজনামদা ঙাউববা
লৈঙাক মপুনি হাযজবশিংগী

মাউঠ পীচ ওম্থোক্তুনা
কোয়ইন ইন্নবি
পাথোবকপা খব খুন্নবা
ঙসিনা অমদা হয়েংনা অমদা
মশাগী মচু লৈতবা
মবাং তুবাংবা ব্রাখলগা লোযননা।
নুংশিবা যুম' থাদোক্তুনা চেন্নখবে
অনৌবা নুংশিংনা হুম্লকপদা যৈদনবা
অদুবু ঐদি চেনগে খন্দে
নঙগীদমক হিংখিগে খল্লি
অদুগা চৎনবীবশিসু যাউবা ঙমদে
নঙ হাযযু অমুক্তা হাযযু
মতমগা চানদ্রবা নাযতোম্নববা ঐঙোন্দা
ঐ নঙগীদমক লেপখিগে
নঙ ঐবু তাংজফম পীগদবা
চাউখৎপা খুন্নাই অমগী
লৈবাক মচা তাবা মীযাম অমগী
নঙ ঐগীদমক লেপকদবা ?
কবিগী ওইথোক্লোই ওইথোক্কনি
নঙগী লৈহাউ চেল্লবা লৈশাশিদা
মহৌ মবাংশিং ঙম্নমক মকা লাল্লি
অচংবা মকুদগী চোংখৎহনগনি
অনৌবা মযোন
ঐ চোংহন্বা ঙমগনি
হাযযু পোক্লফম হাযযু
নঙ ঐবু কোনশিন্বীগদবা ?

# শিল্লং লৌমী

হুমাং,
মমল যাউদ্রবা হুমাং
নংবু কনাগীদমক তাখিবনো
লবুক্তা তাখিবা লৌমীগী হুমাং ।
ঈকং ঈচাউ মবক্তা
ঈশিংতুনা ঈথিং পন্থিংদুনা
পানখিবা লৌ হুমাংলক্তা
শরু শযাং গে-গে লাউ
যাওল যাতাবদা অযো! অযো!
পোইনুদা খোইঙাং শাববা মতমশিদা
নিক নিক লাউবি পুক্লিংদা
লাযব- অতোন মীচং লৈজদবশিংনা।
হুমাংনা লুপ্লিবা মখোযগী কৈদা
নমখিদে মনম, খোইজু লৈখাগী
তঙাংগী বোবা মপৈনা
যৌশিল্লকখি চৈবোংগী তাম্থা চাননা
ঈকং ইচাউ লাযববগীনি
নোংজু নুংশা শিল্লং লৌমীগীনি
কোত থনবা লৌপুগী
পূক পাযবা শিল্লং লৌমীগী । ☯

২৬/০২/২০১০

## চংজবা

হাযনৈ ইমা নঙশে
শকফম হোংলবা শক্তমনি
অদুগুঁ মতম অমগী
সনা লৈপাক্লু নত্তে।
থাজে ঐসু খবমখৈ
হঙ্গৎনা যেংলুই অদুগুঁ,
মীশি মীনা থোক্লমদে
লৈবাক ব্রাযেল চুমলম্মী
খুঞ্জাউ লৈচাউ পাল্লম্মী।
নঙ নত্তে হোংলিবদি
মমা মশক খংদবা
কবাম্বা নচাশিং অসিনি,
চৎখিনি মখোয ঙম্নমক
যোংতাৎ হৈবা পুম্নমক
মখোঙনা মমং থিদুনা।
কোযনা চৎলুবে ইমা
নঙতনা মহেল্লি নচাদা
মহৌশাগী তাংজনফম ওইবিবা
মালেম্না কল্লকনফম নকাদা
হিংজগে কল্লক পেন্না
পোকচগে শিজগে নথাদা।

২৯।০৪।২০০২

লোইববা

## নিসা বাশি



(ডা. নিঙোম্বম সন্তাকুমাব সিংহ)

| | |
|---|---|
| পোকপা | ১৯৬৮, বাশিখোং ব্রাঙ্খে লৌমানবী |
| অপোাকপা | নিঙোম্বম(লৈখিদ্রবা) পিশক সিংহ |
| অপোকপী | নিঙোম্বম ওংবী থোইবী দেবী |
| লোইনবী | নিঙোম্বম ওংবী বিদেশ্ববী |
| ইচাশিং | পোইবৈঙানবা নিঙোম্বম, নিঙোম্বম গ্রেমী তোম ্টন |
| শিনযম | লাযেংবা |
| মতৈগী থাক | টি ডি সি, ডি ঐচ এম এস |
| অতৈ থবকশিং | ইবা, শক্তম লাংবা, কলমনিষ্ট |
| থোাব ল' খবা | হোমিও পাওজেল ১৯৯৪ |
| থৌ পুবিনা লুপশিং | সেক্রেটবি, মণিপুব হিউমেন বাইটস ওগনাইজেসন, |
| | সেক্রেটবি, ফাউন্দেসন ওন সোসল ডিফেন্স এন্দ |
| | হেল্থ ইদুকেসন (ফোসদি) মণিপুব |
| | জোইন্ট সেক্রেটবি, মনিপুব শিল্লং লৌমী লুপ |
| | ভি পি, হিউমেন বাইটস প্রোটেক্সন গ্রুপ, মণিপুব। |

ফোঙখ্রবা লাইবিকশিং পুক্লিংগী ব্রা (২০০৭)

মশু অপুনবা